মণিপুর শিক্ষা বিভাগকী মতেংনা ফোঙজবা

# সামবেদীয় শ্রাদ্ধানুষ্ঠানপদ্ধতিঃ



সম্পাদক

শ্রীঅরিবম ব্রজবীহারী শর্ম্মা
কাব্যব্যাকরণস্মৃতিতীর্থ
ভূতপূর্বপ্রধানাধ্যাপক
মণিপুর গভর্ণমেণ্ট সংস্কৃত টোল

পুস্বা সম্পাদকীনি ]

[ মমল লুপা ৪·৫০

অফোঙবা —

সম্পাদক মশা।

অহুনবা ফোংবা

১৯৭২

কোপি মশীং ১০০০

যংফম:- ও, কে, ষ্টোর

পাউনা বাজার।

সম্পাদকী য়ুম

ব্রহ্মপুর নহাবম লৈকাই, ইম্ফাল।

---

নম্ফম—মণিপুর গীতা প্রেস, ইম্ফাল, মণিপুর।

# বাহৌদোক

ঐনা ইরৈবাক মচা খিবিক্কী মফমদা নোল্লুক্না নী শিংজরি —

বনাগুম্বা নিপা নত্রগা নুপী অমা শিরবদা লাইরম্লেনদা মাগী ফননবগীদমক মচা, মশূনচিংবশিংনা শ্রাদ্ধ শোল্লি। ঙসিগী অকুপ্পা মরোল পূম্নমক সংস্কৃত লোন্দা ইতুনা লৈ। হৌজিক্কী মতমদা সংস্কৃত শিক্ষানা নোংম নোংমগী হন্থরকপদগী, ইরিবা মরোল অতুবু চপ্চানা খঙবদা খুদোং চানরক্কবদগী অস্মক লুরবা থবক অসি মপুং ইফা ফাদবগী মরোং তোয়না উবা ফংই। অসিগুম্বা ঐখোয়দা থোক্লিবা খুদোং চাদবসি খরদংস্থু কোকপা যাগদ্রা খঞ্জবদগী লৌশিং মপুং ফাজদ্রিবা ঐনা লাইরিক-লাইশু পাজরগা অমস্তুং নৈনক্তরগা "সামবেদীয়শ্রাদ্ধানুষ্ঠানপদ্ধতিঃ" হায়বা ল ই-রিক অসি পুথোকচে। ঙসি ফেওবদা মতেং পাইনজো হায়না মহামান্য মণিপুব সরকারনা ১৯৭১ ইংদা লুপা থরা পীবিখি। মসিগীদমক মণিপুর সরকারবু ঐনা ধন্যবাদ তৌজরি। লাইরিক অসিনা প্রজাগী মতেং থরদং ওইরবদি ঐগী অরামম কান্নবা ফংগনি খঞ্জবনি।

খোঞ্জরিবা —

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর নহাবম লৈকাই।

# "সামবেদীয়শ্রাদ্ধানুষ্ঠানপদ্ধতিঃ"

## শ্রাদ্ধ ব্যবস্থা

থোইদোক্লা থাজনা অন্ন-চিংব দান তৌববু শ্রাদ্ধ কৌই। হয়বদি শাস্ত্রনা হায়বদা চেংনা থাজবগা লোয়ননা বৈদিক মন্ত্রনচিংবা থীডুনা পিতৃনচিংবগীদমক অন্ননচিংব দান তৌববু শ্রাদ্ধ কৌই। শ্রাদ্ধ মখল অনীনি— পার্বণ অমসুং একোদ্দিষ্ট। অমাবাস্য নচিংব-পর্বদিনদা* তৌগদবা শ্রাদ্ধবু পার্বণ কৌই। পার্বণ মখল অনীনি - প্রকৃত অমসুং বিকৃত। মপা শিগ্রবা গৃহস্থ ওইবা মীনা মপাগী সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধগী মতুংদা থা খুদিংগী অমাবাস্যাদা বিশ্বদেব অমসুং পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহ অমসুং মাতামহ, প্রমাতামহ, বৃদ্ধপ্রমাতামহগী উদ্দেশদা তৌবা শ্রাদ্ধবু প্রকৃতপার্বণ কৌই। পার্বণ শ্রাদ্ধ অসিগী তৌফম থোকপা বিশেষ ওইবা মতম অমসুং মতাংদি—মুখ্যচান্দ্রভাদ্রগী কৃষ্ণাপ্রতিপৎতগী অমাবাস্যা ফাওবা লৈরিবা তিথি তরামণ্ডা অমসুং নবোদক, নবান্ন, অষ্টকা অহুম, গ্রহণ, প্রায়শ্চিত্ত, চান্দ্রায়ণব্রত, তীর্থপ্রাপ্তি হায়বা নিপাল অসিনি। তীর্থ চৎপা অমসুং তীর্থদগী হল্লকপা, বাস্তুযাগ, নবগ্রহযাগ, পুত্রেষ্টিযাগ অমসুং অতৈ অতৈ যাগশিং, তুলাপুরুষদান মহাদান, অন্নাচলদান, রজতাচলদান, ব্রতপ্রতিষ্ঠা, মঠপ্রতিষ্ঠা, দেবপ্রতিষ্ঠা, বৃক্ষ, কূপ, পুষ্করিণী, সেতু-নচিংবগী প্রতিষ্ঠা খুদিং অমসুং নবগৃহারম্ভ, নবগৃহ-প্রবেশ, বিবাহ, গর্ভাধান, পুংসবন, সীমন্তোন্নয়ন, জাতকর্ম্ম, নামকরণ, অন্নপ্রাশন, চূড়াকরণ, উপনয়ন, সমাবর্ত্তন হায়বা সংস্কার মখল তরা। হায়খ্রিবা থবকশিং অসিদা তৌগদবা শ্রাদ্ধবু আভ্যুদয়িক হায়বা

* চতুর্দ্দশ্যষ্টমীচৈব অমাবাস্যাথ পূর্ণিম। পর্ব্বাণ্যেতানি রাজেন্দ্ররবিসংক্রান্তিরেবচ॥

প্রকৃত পার্বণশ্রাদ্ধ কৌই। আভ্যুদয়িক শ্রাদ্ধ অসিদসু পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহ, মাতামহ, প্রমাতামহ, বৃদ্ধপ্রমাতামহ-পুরুষ তরুক অসিগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। হায়খ্রিবা পুরুষশিংগী মনুংদা কনাগুম্বনা হিংবা থোক্লবা, নত্রগা সন্ন্যাসী ওইখ্রবা, অমদি পাতিত্যনচিংবা দোষনা শ্রাদ্ধগী মতৌক চাদবা ওইরবা, অদু ওইরবদি মহাক অদু পাদোক্লগা মাগী মথক্তা লৈবা পুরুষ অদুনা লৌশিংলুনা পুরুষ তরুক শুরুহল্লগা তরুক অদুগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। করিগুম্বা মচানিপাগী অমসুং মচানুপাগী বিবাহনচিংবা সংস্কার মখল তরা তৌগদবদা মাদিদমক সংস্কার তৌদি-গদৌরিবা মহাক (সংস্কার্য্য) অদুগী পিতাগী পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহ মীরোল অহুম্মক হিংলবদি আভ্যুদয়িক শ্রাদ্ধ তৌদ্রবসু বিবাহনচিংবা সংস্কার অদু পাঙথোক্কনি। হায়খ্রিবা পার্বণ শ্রাদ্ধ অসিদা মুপীগী অধিকার লৈতে। হায়বদি মুপীনা পার্বণশ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে।

## বিকৃত পার্বণগী মরম।

*অমাবাস্যাদা অমসুং মুখ্যচান্দ্রভাদ্রগী কৃষ্ণপক্ষদা হায়বদি প্রেতপক্ষদা শিখিবা নিপাগী অমসুং নুপীগী মচানিপাশিংনা মাগী সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধগী মতুংদা চহী খুদিংদা মৃত তিথিদা তৌগদবা শ্রাদ্ধ অদু বিকৃত পার্বণ হায়বদি পার্বণবিধিক শ্রাদ্ধনি, অদুগা সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ অসিমকসু বিকৃতপার্বণনি। সপিণ্ডীকরণ নত্তবা বিকৃত পার্বণবু মপাগীদমক শোনবা তারবদা পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহ— মীশক অহুম অসিগীদমক, মমাগীদমক শোনবা তারবদনা মাতা, পিতামহী প্রপিতামহী মীশক অহুম অসিগীদমক শোনগনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা কনাগুম্বনা হিংলবা, সন্ন্যাসী ওইরবা, পাতিত্যনচিংবা দোষনা

* অমাবাস্যাং ক্ষয়োযস্য প্রেতপক্ষেঽথবা পুনঃ। সপিণ্ডীকরণাদূর্দ্ধং তস্যোক্তঃ পার্বণো বিধিঃ॥

শ্রাদ্ধগী মতীক চাদবা মীশক ওইরবদি মতুবু লুন্দোক্লগা মথক থংবা মীশক অদু লৌশিল্লগা মীরোল অতুম শুহন্দুনা ত্রৈপৌরুষিক পার্বণ শোনগনি। চহী খুদিংগী মৃততিথিদা মপাগী মমাগীদমক শোনগদবা বিকৃত পার্বণ শ্রাদ্ধ অসিগী অধিকারীদি মচানিপাদনি— মচানিপা লৈথিদ্রবদা মশুনচিংবনা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ শোনগনি। মচানুপীশিংনসু একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ শোনগনি। মরমদি পার্বণশ্রাদ্ধদা নুপীগী অধিকার লৈতে। নুপীনা য়াবা পার্বণশ্রাদ্ধ হায়বমতুবু— মপুরোইবগী সপিণ্ডীকরণ, মাগী নুপানা শোনবা অমসুং মপাগী সপিণ্ডীকরণ মাগী মচানিপানা শোনবা অসিতনি।

## একোদ্দিষ্টগী মরম

মীশক অমগীদমক তৌবা শ্রাদ্ধ অদু একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধনি। মাগী খুদনদি অশৌচান্তদ্বিতীয়দিনদ তৌরিবা প্রেতগী আদ্য শ্রাদ্ধ, প্রেতগী মাসিক শ্রাদ্ধ ১২ তরানিথোই, অমসুং থা তরামাথোইগী মনুংদা মলমাস তারগা হেন্না শোল্লিবা মাসিক, প্রথমষান্মাসিক অমসুং দ্বিতীয়ষান্মাসিক পূন্নমক অসি থাঙ্গেশেংবা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধনি। অদুগা অমাবাস্যা নত্তবা অমসুং প্রেতপক্ষগী মনুং চন্দবা করিগুম্বা তিথি অমদা শিখিবা মীগী সাম্বৎসরিক মৃততিথিদা পুত্র পৌত্রনচিংবনা অধিকারী ওইদুনা অমসুং নুপীনা অধিকারিণী ওইদুনা শোল্লিবা শ্রাদ্ধ অদুবু বিকৃতএকোদ্দিষ্ট হায়বদি একোদ্দিষ্টবিধিক শ্রাদ্ধ কৌই।

অশৌচান্তগী মতুংগী নুমিত্তা হায়বদি ব্রাহ্মণগী তরামাথোইনি শুবা, ক্ষত্রিয়গী তরাহুমদোইনি শুবা, বৈশ্যগী তরাতরুক্নি শুবা, শূদ্রগী কুন্থ্রামাথোইনি শুবা নুমিত্তা অমসুং ত্রিরাত্রাশৌচ ওইবা মতমদা মরীনি শুবা ষডরাত্রাশৌচ ওইবা মতমদা তরেৎনি শুবা নুমিত্তা, শিখিবা মী অদুগী অধিকারীশিংনা তৌগদবা শ্রাদ্ধ অদু আদ্য শ্রাদ্ধ কৌই। শিখিবা মীগী

আদ্য শ্রাদ্ধগী মতুংদা সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধগী মমাং ফাওবদা থা-থা খুদিংদা মৃতপক্ষগী মৃততিথিদা তৌগদবা শ্রাদ্ধবু মাসিক শ্রাদ্ধ কৌই। ষষ্ঠ মাসিক্কী পূর্বতিথিদা তৌগদবা শ্রাদ্ধগী মমীং প্রথম ষান্মাসিক কৌই। দ্বাদশ-মাসিককী পূর্বতিথিদা তৌগদবা-শ্রাদ্ধগী মমিং দ্বিতীয়ষান্মাসিক কৌই। থা তরামাথোইগী মতুংদা মলমাস তারবদা মাসিক শ্রাদ্ধ অমা হেনগৎ-লক্লিবা অদুগী মমিং ত্রয়োদশমাসিক কৌই। মতৌ অসুন্না ত্রয়োদশ-মাসিক শ্রাদ্ধ শোনবা তারবদি দ্বাদশমাসিক্কী পূর্বতিথিদা দ্বিতীয়ষান্মাসিক শ্রাদ্ধ শোন্দ্রগা ত্রয়োদশমাসিক্কী পূর্বতিথিদা তৌগদবনি (শোনগদবনি)।

## সপিণ্ডীকরণ ব্যবস্থা ঃ

শিখিবা মীগী চহি অমা চপচানা শুবা নুমিত্তা মৃততিথিদা নত্রগা অপকর্ষ তৌরবা মতমদনা মৃততিথি নত্রবদসু সপিণ্ডনগীদমক পার্বণ শ্রাদ্ধগী অর্ঘ্যজল অমসুং পিণ্ডগা লোয়ননা প্রেতগী একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডগা "যে সমানাঃ সমনসঃ" নচিংবা মন্ত্র অনী থীরগা তিন্নশিনবা অদুগী মমীং সপিণ্ডীকরণ কৌই। মরম অসিদা থোই-দোকপদি অসিনি — প্রেত ওইরিবা পিতাগী সপিণ্ডীকরণ তৌগদবা মতম অদুদা পিতামহ, প্রপিতামহ, বৃদ্ধপ্রপিতামহ পুরুষ অহুম অসিগী পার্বণশ্রাদ্ধ শোনগদবনি অমসুং অহুম অসিগী অর্ঘ্যজল অমসুং পিণ্ডগা লোয়ননা প্রেতগী অর্ঘ্যজল অমসুং পিণ্ডবু তিন্নশিন্নহনবনি খণ্ডনগনি। মাতাগী সপিণ্ডীকরণ তৌবা মতম অদুদা মচানিপানা পিতা, পিতামহ প্রপিতামহগী পার্বণশ্রাদ্ধ শোনগনি অমসুং প্রেত ওইরিবী মমাগী একোদ্দিষ্টগী অর্ঘ্যজল অমসুং পিণ্ডগা পিতানচিংবা পুরুষ অহুমগী অর্ঘ্যজল অমসুং পিণ্ডগা তিন্নশিল্লোই। অর্ঘ্যজল তিন্নশিনবা মতমদা পিতামহ অমসুং প্রপিতামহগী অর্ঘ্যপাত্র অনী অদু কুশ খরনা কৃপশিল্লগা পিতাগী অর্ঘ্যদদা তিন্নশিনগনি, পিণ্ড তিন্নশিনবা মতমদসু পিতামহ

অমসুং প্রপিতামহগী পিণ্ড অনীহু কুশ খরনা খুমজিল্লগা পিতৃগী পিণ্ডতগা লোয়ননা তিন্নশিনগনি। কুশনা খুমজিনবগী মরমদি অসিনি—শ্বশুর অমসুং আর্য্যশ্বশুরগী মমাঙদা বধূনা মকোক খুম্বা হৌনৈ। মাতৃপিণ্ড অমসুং মাতৃগী অর্ঘ্যজল অদু পিতৃপিণ্ড অমসুং পিতৃগী অর্ঘ্যজলদা তিন্ন-শিনবা মতমদা মমাগী ফনবা খনবা মচানা মতৌ অসুম্না কুশনা খুমজিনগনি।

মপানা হিংলিঙৈ মতমদা মমাগী সপিণ্ডন শ্রাদ্ধ শোনবা মতমদা মচা-নিপানা পিতামহী, প্রপিতামহী, বৃদ্ধপ্রপিতামহীগী পার্বণ শোনগনি, অমসুং পিতামহীনচিংবী অহুমগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডদা প্রেত ওইরিবী মমাগী একোদ্দিষ্ট অর্ঘ্যজল অমসুং পিণ্ড অদু তিন্নশিনগনি। মপুরোইবা, অপোকপা মচানিপা অমসুং দত্তকপুত্র লৈতদবা মুপীগী সপিণ্ডন শ্রাদ্ধ শোল্লোইদবনি। মহাক্কীদি আদ্যশ্রাদ্ধগী হৌদুনা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ তরা-মঙাদং শোল্লগা প্রেতত্বমুক্তি ওইগনি। মতুদি আদ্যশ্রাদ্ধ ১, মাসিকশ্রাদ্ধ ১২, ষান্মাসিক শ্রাদ্ধ ২, পুন্না ১৫। মুপীশিংগী মশুনিপানচিংবা অমসুং মচানুপী, লোয়বীনা পোকপা মচানিপা লৈদ্রনসু সপিণ্ডন শ্রাদ্ধ শোল-লোইদবনি। মচানিপা মশানা পোকচবনে দত্তক হায়বা মচানিপানে মপুরোইবনে অসিগী মমুংদা অমত্তংবু লৈরবদি সপিণ্ডন শ্রাদ্ধ শোনগনি।

মুপীগী অমসুং নিপাগী সপিণ্ডীকরণশ্রাদ্ধদা মথককথংবা পুরুষ অহুমগী পার্বণ শ্রাদ্ধ শোনবা তাবসিদা মখোয় অহুমগী মমুংদা কনা-গুম্বনা হিংলম্বা, সন্ন্যাসী নত্রগা পতিত ওইবা য়াওরম্লবদি মখোয়শিং অদুবু হন্দোক্লম্লগা মখোয়শিংগী মথক থংবা মীশক অদু লৌরগা মীরোল অহুম শুহনগনি।

পিতাগী সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধগী মতমদা পিতামহনা প্রেত ওইদুনা লৈরবদি প্রপিতামহ অমসুং বৃদ্ধপ্রপিতামহগী পার্বণ শ্রাদ্ধ শোনগনি, মীরোন অহুম শুননবগীদমক মথক থংবা অতিবৃদ্ধ প্রপিতামহবু লৌশিনগ-দবা নত্তে। পিতামহগীনা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ শোনগনি, প্রেত ওইরিবা পিতাগী একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ অমসু শোনগনি। প্রেত ওইরিবা পিতামহগী অর্ঘ্য

অমসুং পিণ্ডদা প্রেত ওইরিবা পিতাগী একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ড অহূ তিন্নশিনগনি। প্রপিতামহ অমসুং বৃদ্ধপ্রপিতামহগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডদা তিন্নশিনগদবা নত্তে।

মচানিপা পোক্কবী, কিরাথাংবা ভস্বা মচানিপা লৈতবী মুপীগী সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ মপুরোইবনা শোনগনি, মতম অদুদা মহাক (পতি) না মাতা, পিতামহী অমসুং প্রপিতামহীগী পার্বণশ্রাদ্ধ শোনগনি। মখোয় অহুমগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডদা প্রেত ওইরিবী পত্নী (মুপী) গী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ড তিন্নশিনগনি। মতাং অসিদা মমানা হিংদুনা লৈরবদি, মপুরোইবনা মাগী পিতামহী, প্রপিতামহী অমসুং বৃদ্ধ-প্রপিতামহীগী পার্বণ শ্রাদ্ধ শোনগনি, অমসুং মখোয় অহুমগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডদা প্রেত ওইরিবী পত্নী (মুপী) গী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ড তিন্নশিনগনি। মতাং অসিদা মমা (মাতা) না প্রেত ওইরবদি মহাক (পতি) না পিতামহী অমসুং প্রপিতামহীগী পার্বণশ্রাদ্ধ শোনগনি। মদুগী নোংপোকথংবদা প্রেত ওইরিবী মমাগী একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধ শোনগনি।

মদুগী অমুক নোংপোক্তা মুপীগী একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধ শোনগনি। মতুংদা প্রেত ওইরিবী মমাগী একোদ্দিষ্টগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ড অদুদা মাগী প্রেত ওইরিবী মুপীগী একোদ্দিষ্টগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ড অহূ তিন্নশিনগনি। পিতামহী অমসুং প্রপিতামহীগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডদা তিনগদবা নত্তে।

মশুনিপানা পিতামহ (মপুবোক) গী সপিণ্ডশ্রাদ্ধ শোনবা তারবদি প্রপিতামহ বৃদ্ধপ্রপিতামহ, অতিবৃদ্ধপ্রপিতামহগী পার্বণ শোনগনি। মশুনিপানা পিতামহী (মবেনবোক) গী সপিণ্ডশ্রাদ্ধ শোনবা তারবদি পিতামহ, প্রপিতামহ, বৃদ্ধপ্রপিতামহগী পার্বণশ্রাদ্ধ শোনগনি। প্রেত ওইরিবী পিতামহীগী একোদ্দিষ্টগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডবু পিতামহমক্তগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ডদা তিন্নশিনগনি। তিন্নশিনবা মতমদা প্রপিতামহ অমসুং বৃদ্ধপ্রপিতামহগী অর্ঘ্য অমসুং পিণ্ড অহূ কুশন' কুপশিনগনি।

## একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধগী মতম

দিবামানবু শরূক তরামঙা থোক্লা খায়দোক্লগা শরূক অমমম্বু মুহূর্ত্ত কৌই। মুমিৎ থোকপদগী হৌদুনা মুহূর্ত্ত অহুম ফাওবা প্রাতঃ কাল। ৪শুবা মুহূর্ত্তদগী ৬শুবা মুহূর্ত্ত ফাওবা সঙ্গব। ৭শুবা মুহূর্ত্তদগী ৯শুবা মুহূর্ত্ত ফাওবা মধ্যাহ্ন। ১০শুবা মুহূর্ত্তদগী ১২ শুবা মুহূর্ত্ত ফাওবা অপরাহ্ন। ১৩শু মুহূর্ত্তদগী ১৫ শুবা মুহূর্ত্ত ফাওবা সায়াহ্ন কৌই। মুহূর্ত্তশিং অসিগী মনুংদা ৮শুবা মুহূর্ত্তদগী শ্রাদ্ধ হৌরগা ৯শুবা মুহূর্ত্তদা লোইবনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা মতমনি। একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ শোনগদবা তিথি অদুনা অদুগুম্বা মুমিৎ অদুদা ৮শুবা, ৯শুবা মুহূর্ত্ত ফংবা, মুমিৎ অদুদা শোনগনি। মুমিৎ নীনিমক্তা ৮।৯। শুবা মুহূর্ত্ত ফংবা তিথি ওইরবদি শুক্লপক্ষদনা অকোনবা মুমিত্তা অমসুং কৃষ্ণপক্ষদনা অহানবা মুমিত্তা শোনগনি। অহানবা মুমিত্তা দিবাদা ৮শুবা মুহূর্ত্ত লোইবা ফাওবা ফংলগা অকোনবা মুমিত্তা ৮শুবা মুহূর্ত্ত মপূং ফানা ফংদ্রবদি অহানবা মুমিত্তা ৯শুবা মুহূর্ত্তগী মতমদা শ্রাদ্ধ শোনগনি। অকোনবা মুমিত্তা ৮শুবা মুহূর্ত্ত লোইবা ফাওবা তিথি অদুনা ফংলবদি অকোনবা মুমিত্তা ৮শুবা মুহূর্ত্তগী মতমদা শ্রাদ্ধ শোনগনি। মুমিৎ নীনিমক্তা দিবাদা ৮।৯। শুবা মুহূর্ত্তগী মতমদা মুহূর্ত্ত অমা ফাওবা তিথিনা ফংদ্রবদি, দিবাদা ৬শুবা মুহূর্ত্তগী মতুংদা মুহূর্ত্ত অমগী মতম্ব তিথিনা ফংবা মুমিৎ অদুদা ৭শুবা মুহূর্ত্তদা শ্রাদ্ধ শোনগনি। অহানবা মুমিত্তা ৯শুবা মুহূর্ত্তগী মতুংবু নক্রগা মাগী মনুংবু তিথিনা শোক্লগা মতুংগী মুমিত্তা ৭শুবা মুহূর্ত্ত ফাওবা নৈত্রবদি শুক্লপক্ষদা ওইরগা মতুংগী মুমিত্তা, কৃষ্ণপক্ষদা ওইরগা অহানবা মুমিত্তা শোনগনি।

## অমাবাস্যানির্মিত্তক শ্রাদ্ধগী মতম

ক্ষীণা, স্তম্ভিতা অমসুং বর্দ্ধমানা হায়বা অমাবাস্যা মখল অহুমগী মতুংইন্না অমাবাস্যাশ্রাদ্ধগী ব্যবস্থা মখল অহুম থোকই। অদুনা অমাবাস্যা মখল অহুমগী লক্ষণ খঙফম থোকই। ক্ষীণা — অহানবা মুমিত্তা অমাবাস্যা চঙখিবা মতম, অদুগুম্বা মতম অত্র অকোনবা মুমিত্তা

অমাবাস্যানা ফংদ্রবদি মাত্নবু ক্ষীণা কৌই। স্তম্ভিতা অহানবা সুমিত্তা অমাবাস্যা চঙখিবা মতম, অদুগুম্বা মতম ফাওবদং অকোনবা সুমিত্তা মহাক্লা কংলবদি মহাকপু স্তম্ভিতা কৌই। বর্দ্ধমানা অহানবা সুমিত্তা অমাবাস্যা চঙখিবা মতম, অদুগুম্বা মতমদুদগী হেন্থনা অকোনবা সুমিত্তা মহাক্লা লৈরবদি মহাকপু বর্দ্ধমানা কৌই।

## ব্যবস্থা

দিবাদা মুহূর্ত্ত ১০ গী মতুংদা মুহূর্ত্ত ১১ নত্রগা ১২ শুবগী মতমদা মুহূর্ত্ত ১দগী তাদনা অমাবাস্যা ফংবা সুমিং অদুদা অমাবাস্যানিমিত্তক শ্রাদ্ধ শোনগনি। সুমিৎ নীনিমক্তা মুহূর্ত্ত ১১ নত্রগা ১২ শুবগী মতমদা মুহূর্ত্তদগী তাদনা অমাবাস্যা ফংলবদি ক্ষীণা ওইরগা অহানবা সুমিত্তা শোনগনি। সুমিৎ নিনীমক্তা মুহূর্ত্ত ১১ নত্রগা ১২ শুবগী মতমদা মুহূর্ত্ত অমা চুপ্না অমাবাস্যা ফংদ্রবস্থ অহানবা সুনিত্তা শ্রাদ্ধ শোনগনি। তৌইগুম্বসুং অহানবা সুমিত্তা সুংখিল লোইগদবা মুহূর্ত্ত ১২ নত্রগা মুহূর্ত্ত ২দগী খজিক্কং তাবগী মতম লৈরিভৈদা অমাবাস্যা চঙলক্লগা অকোনবা সুমিধনা মপুংফানা মুহূর্ত্ত ১১ ফংদ্রবস্থ অকোনবা সুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোনগনি। স্তম্ভিতাগী মতমদনা, সুমিৎ নীনিমক্তা দিবাদা মুহূর্ত্ত ১১। নত্রগা ১২গী মতমদা মুহূর্ত্ত অমদগী রাত্তবা অমাবাস্যা ফংলবদি যজুর্ব্বেদীশিংনা অকোনবা সুমিত্তা, ঋগ্‌বেদীশিংনা অহানবা সুমিত্তা সামবেদীশিংনা অহানবদা নত্রগা অকোনবদা শ্রাদ্ধ শোনগনি। বর্দ্ধমানাগী মতমদনা সুমিৎ নীনিমক্তা অমাবাস্যানা মুহূর্ত্ত ১১ | ১২ শুবা মতম ফংলবদি পুম্নমক্লা অকোনবা সুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোনগনি। ব্যবস্থা অসি অমাবাস্যা নিমিত্তক শ্রাদ্ধগীদমক্তনি। অমাবাস্যাদা শিখিবা মীগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ অমসুং সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধদা অদুগা করিগুম্বা পতিত শ্রাদ্ধ অমা অমাবাস্যাদা তৌবা তারবদি হায়রিবা মতম অসি য়েংলোই। মাগী মাগী হায়খিবা মতম অদুগী মতুং ইন্না তৌগনি।

## বিকৃতপার্বণ অমসুং সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধগী মতম

দিবাদা মুহূর্ত্ত ৯গী মতুংদা ফংবা (লাকপা) মুহূর্ত্ত ৩গী মতমবু

অপরাহ্ন কৌই। মসিদা পার্বণ অমসুং সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ শোনগদবনি। পার্বণ অমসুং সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ শোনগদবা তিথি হায়বসিদি অপরাহ্নগী মতমদা মুহূর্ত্তদগী তাদনা সুমিৎ অহুদা ফংবা অহুগুম্বা সুমিৎ অহুগী তিথি অহু ওইগদবনি। সুমিৎ নিনিদা অপরাহ্নগী মতমদা মুহূর্ত্তদগী তাদনা তিথি ফংলবদি অহানবা সুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোনগনি। সুমিৎ নিনি ক্তা মুহূর্ত্ত য়ৌক য়ৌদনা তিথিনা ফংলবদি অকোনবা সুমিৎতা মধ্যাহ্নগী মতমদা পার্বণ অমসুং সপিণ্ডীকরণ শোনগনি।

তৌইগুম্বসুং অমাবাস্যানিমিত্তকপার্বণ শ্রাদ্ধদা মতম অসি লৌগদবা নত্তে, মাগী ইতোপ তোপ্পা মতম অমা লৈরি। গ্রহণনিমিত্তক পার্বণদি মুক্তিগী লেযক্ষণ ফাওবা শোনগনি। মতম অসিগী মনুংদা লোইবা উমহৌদ্রবসু মথা অমুক শোল্লরোই, থরা শোনত্রিবা অদুনা সম্পূর্ণ শ্রাদ্ধগী ফল অহু ওইগনি। প্রায়শ্চিত্তনিমিত্তক অমসুং তীর্থপ্রাপ্তিনিমিত্তক শ্রাদ্ধদা করিগুম্বা তিথিগী নিয়ম লৈতে। হায়রিবা শ্রাদ্ধ অনি অসি শ্রাদ্ধ শোলহৈদবা মতম হুন্দোক্লগা মতম অমদা হেক্তমক শোনবা য়াই। নবান্ন শ্রাদ্ধদি শোনগবা তিথি অহুনা পূর্বাহ্ন ফংবা নত্রগা মধ্যাহ্ন ফংবদা শোনগদবনি।

## পার্বণশ্রাদ্ধগী তিথি অমসুং দিন।

অমাবাস্যাদা, অষ্টকা অমসুং কৃষ্ণপক্ষগী তিথি খুদিংদা নবান্নদিনদা, প্রায়শ্চিত্ত তৌবা সুমিত্তা, তীর্থ ফংবা সুমিত্তা* গ্রহণ তৌরিঙৈদা পার্বণ শ্রাদ্ধ শোনগদবনি। মসি নত্তবা পার্বণশ্রাদ্ধগী অতৈ অতৈ তিথিসু লৈরি।

## সাধারণশ্রাদ্ধগী য়াদবা মতম।

সুমিৎ থোকপা মতুং মুহূর্ত্ত অমগী মনুংদা, দিবাগী অরোইবা মুহূর্ত্ত অহুমগী মনুংদা, অহীংদা, সন্ধ্যাদা শ্রাদ্ধ পুন্নমক শোনবা য়াদে। গ্রহণ শ্রাদ্ধগীদি য়াবা য়াদবা মতম লৈতে।

---

* শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদবা মতমদা তীর্থ ফংলবদি য়াদবা মতম অহুদা শ্রাদ্ধ শোনবা তৌদনা সুমিৎ অহুমক্তদা নত্রগা মতুং লোংবা কোনবদা য়াবা মতমদা শ্রাদ্ধ শোনগনি।

## পতিত শ্রাদ্ধগী মতম।

আদ্যশ্রাদ্ধনা হৌবা সপিণ্ডীকরণনা লোইবা প্রেতশ্রাদ্ধশিং অমম্তুং চহী চহীদা মৃততিথিদা শোনগদবা সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ মখোয় অসি অশৌচদি নত্তবা করিগুম্বা বিঘ্ন অমদগী শোনকম থোকপা তিথিদা শোনখিত্রবদি কৃষ্ণপক্ষগী ব্রত লৈতবা একাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা শোনগদবনি।

অশৌচনা মরম ওইদুনা শ্রাদ্ধ অদু শোনগদবা তিথিদা শোনখিত্রবদি, অশৌচগী অন্ত ওইবা নুমিৎ অদুগী নোংমা কোনবা নুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াবা মতমদা ফংবা তিথি অদুদা শ্রাদ্ধ অদু শোনগনি। তৌইগুমম্তুং ক্ষতাশৌচ হায়বদি হকচাংদা হোগায় খিনগায়দুনা মাংবা অদুনা মরম ওইদুনা শ্রাদ্ধ অদু শোগদবা তিথিদা শোনখিত্রবদি কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী (ব্রত লৈতবা) দা নত্রগা অমাবাস্যাদা শোনগনি। মপুরোইবগী শ্রাদ্ধদিনদা মাগী নুপীনা রজস্বলা ওইরবদি রজস্বলা ওইখিবা নুমিৎ অদুদগী মঙানিশুবা নুমিত্তা শ্রাদ্ধ য়াবা মতমদা ফংবা তিথি অদুদা নুপী অদুনা অধিকারিণী ওইদুনা মপুরোইবগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। পতিতশ্রাদ্ধশিং অসি শোনবা য়াগনি হায়না তানখ্রিবা নুমিৎ অসি, মলমাস লৈরম্লবদি নুমিৎ অদুমক্তদা শ্রাদ্ধ অদু শোনবা ঙমহৌদ্রবদি মলমাস লৈতবা কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী (ব্রত লৈতবা) দা নত্রগা অমাবাস্যাদা শোনগনি।

## পতিত প্রেতশ্রাদ্ধ কৃষ্ণৈকাদশীদা শোলহৌদ্রবদি মাগী মতম।

প্রেতশ্রাদ্ধশিংগী মনুংদা পতিত ওইখিবা শ্রাদ্ধ অদুগী মতুংদা মতুংগী শ্রাদ্ধগীদি মমাংদা কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী অমদি অমাবাস্যাদা শাঙথোকখিত্রবদি মতুংগী শ্রাদ্ধ শোনগদবগী তিথিদা মতুংগী শ্রাদ্ধ শোত্রিঙৈদা হায়না পতিত ওইখিবা শ্রাদ্ধ অদু শোন্দোক্লগা মতুংগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। অসিগুম্বা মতাঙদা কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী নত্রগা অমাবাস্যাবু য়েঙদবা লৈতে।

## মৃতমাস অমসুং মৃততিথি খঙদ্রবদি সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধগী বিধি।

মী অদুগী মৃতমাসদি নীংশিংলগা, মৃততিথিদি নীংশিংদ্রবদা মী অদুগী সাম্বৎসরিকশ্রাদ্ধ অদু, মৃতমাস অদুগী কৃষ্ণপক্ষগী ব্রত লৈতবা একাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা শোনগনি। মী অদুগী মৃতমাস অদুদি নীংশিংদ্রবা অদুগা মৃততিথিদমক নীংশিংলিবা মহাক অদুগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ অদু আগ্রহায়ণ, মাঘ, আষাঢ় অমসুং ভাদ্র থাশিং অসিগী মনুংদা নক্লবা থা অদুগী মৃততিথিদা শোনগনি। মী অদুগী মৃতমাস অমসুং মৃততিথি অনী-মক পূম্না নিংশিংদ্রবদি মহাক অদুগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ অদু আগ্রহায়ণ নত্রগা মাঘগী কৃষ্ণপক্ষগী একাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা শোনগনি।

## লংফৈদা শীখিবা মীগী মৃতমাস অমসুং মৃততিথি খঙখিদ্রবদা শ্রাদ্ধগী বিধি।

লংফৈদা শীখ্রবা মীগী মৃতমাস অমসুং মৃততিথি কাউথোকখ্রবদি নিপা অদুনা লংফৈদা খোঙশানখিবা থা, খোঙশানখিবা তিথি (থাবান) অদু খঙলগা থা অদুগী তিথি অদুদা সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ শোনগনি। লংফৈদা খোঙশানখিবগী তিথি অদু কাউথোকখ বদি থা খোঙশানখিবা অদুগী কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী নত্রগা অমাবাস্যাদা শোনগনি।

লংফৈদা খোঙশানখিবগী তিথিদি নীংশিংলিবা, থাদি নীংশিংখিদ্রবা মকম অদুদদি আগ্রহায়ণ, মাঘ, আষাঢ় নত্রগা ভাদ্র থাশিং অসিগী মনুংদা নক্লবা থা অদুগী হায়বদি নিপা অদুগী মৃতমাস করিনো? মৃত তিথিনা করিনো? হায়না থিনরকপা মুমিং অদুগী নক্লবা থা অদুগী তিথি (লংফৈদা খোঙশানখিবা তিথি) অদুদা সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ শোনগনি।

লংফৈদা খোঙশানখিবা থা অমসুং তিথি অনীমক কাউথোকখ্রবদি অদুগুম্বা থা অমসুং তিথি অদুদা মৃত্যুবার্ত্তা (শিবগী পাউ) তাখিবা অদুগুম্বা

---

শ্রাদ্ধ শোন্নবগীদমক তারিবা একাদশী খুদিংমক ব্রত লৈতব একাদশী হায়বনি খঙনগনি।

থাগী অদুগুম্বা তিথি অদুদা মহাক্কী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ শোনগনি। মৃত্যুবার্ত্তা তাবা তিথিদি নীংশিংবা, থাদি বাউথোবখ্রবা অদু ওইরবদি আগ্রহায়ণ মাঘ, আষাঢ় অমসুং ভাদ্র থাশিং অসিগী মনুংদা নক্রবা থা অদুগী তিথি (মৃত্যুসংবাদ তাখিবা তিথি) অদুদা সাম্বৎসরিকশ্রাদ্ধ শোনগনি। মৃত্যুসংবাদ তাবা তিথিদি নীংশিংদ্রবা, থাদি নীংশিংলিবা মকম অদুদনা থা অদুগী কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী নত্রগা অমাবাস্যাদা মাগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ শোনগনি। মৃত্যু সংবাদ তাবা তিথি অমসুং থা অমমক নিংশীং-দ্রবদি আগ্রহায়ণ মাঘ আষাঢ় ভাদ্র থাশিং অসিগী মনুংদা নক্রবা থা অমগী কৃষ্ণপক্ষগী ব্রত তৌরোইদবা একাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা মহাক্কী সাম্বৎসরিকশ্রাদ্ধ শোনগনি।

## লংফৈদা লৈখিবা মীবু শিরে হায়না লৌগদবা মতম।

লংফৈদা লৈখিব মীগী মপাউ চহী ১২ চুপনা তাদ্রবাদি চহী ১২ গী মতুংদা মহাকপু শিরে হায়না লৌগনি *। শিরে হায়না লেপ্লবদা কৃষ্ণাষ্টমী নত্রগা অমাবাস্যাদা পর্ণনরদাহ তৌরগা দাহ তৌরুবা মীশকশিংনা সুমিৎ হুমনি চুপ্পা য়ুম্মাংগনি। পর্ণনরদাহ তৌবা মফমদা মৈ থারুবশিংদনা য়ুম্মাংগনি, জ্ঞাতিশিংগী য়ুম্মাংবা লৈতে। ত্রিরাত্রা-শৌচগী অরোইবা সুমিত্তা অগ্নিদাতা অদুনা পূরকপিণ্ডদান তৌরগা অশৌচান্তদা তৌযম থোকপা থবক পুন্নমক তৌগনি। ৪নি শুবা সুমিত্তা চতুর্থশান্তি অঙ্গপ্রায়শ্চিত্তনচিংবা আত্তশ্রাদ্ধনপ লোইবা প্রেতগী থবক পুন্নমক তৌগনি। মতুংদা কৃষ্ণৈকাদশী নত্রগা অমাবাস্যাদা মাগী মাসিক অমসুং সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ শোনগনি। শিরে হায়না লেপ্পা সুমিত্তগী হৌদুনা সপিণ্ডীকরণ তৌদ্রিবা মতম ফাওবদি পুত্রশিংগী দেহাশৌচ ওই।

## নোংমতদা পার্বণ অমসুং একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধ তৌবা তারবদা মদুগী ব্যবস্থা।

নোংমতদা পার্বণ অমসুং একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধ অনি অসি তৌবা তারবদি মধ্যাহ্ন (৮ | ৯ শুবা মুহূর্ত্ত) দা হায়না একোদ্দিষ্ট শোন্দোরগা

* ... ন ভবেদ্‌ বার্ত্তা যাবদ্‌ দ্বাদশবার্ষিকী। প্রেতাবধারণংতস্য কর্ত্তব্যং সুতবান্ধবৈঃ॥

অপরাহ্ণ পার্বণশ্রাদ্ধশোনগনি। করিগুম্বা তিথি অদুনা ক্ষয় ওইখিবদগী পার্বণগী মতম অপরাহ্ণদা ফংদ্রবদি একোদ্দিষ্টগী মতমদা পার্বণশ্রাদ্ধ শোনবা তারবনিনা পার্বণ শোন্দ্রিবৈদা একোদ্দিষ্ট হান্না শোন্দোক্লগা কেন্না পার্বণশ্রাদ্ধ শোনগনি।

## বিকৃতপার্বণ শোল্লগা প্রকৃতপার্বণ শোন্দ্রবস্ু য়াবা।

অমাবাস্যাদা নত্রগা প্রেতপক্ষদা শিখিবা মপাগী মৃততিথিদা বিকৃতপার্বণ শোল্লবদি অমুক অমাবাস্যাদা অমসুং প্রেতপক্ষনা নিমিত্ত ওইবা পার্বণ শোনগদবা নৈতে। বিকৃতপার্বণ শোনথ্রবনিনা প্রকৃতপার্বণ শোনদ্রবস্ু য়াগনি। তৌইগুম্বসুং মমাগী বিকৃত পার্বণ শোনখিবনদি অতোপ্পা প্রকৃতপার্বণ শোন্দ্রবস্ু য়াগদবা নত্তে। অসিগুম্বা মতাঙ অসিদদি অহানবদা মমাগী বিকৃত পার্বণ লোইথোক্লগা মতুংদা প্রকৃত পার্বণ শোনগনি।

## প্রেতশ্রাদ্ধগী নির্ণয়

শিখ্রবা মী অদুগী আদ্যশ্রাদ্ধদগী হৌদুনা সপিণ্ডীকরণফাওবা নৈরিবা শ্রাদ্ধ ১৬ তরাতল্লক অসিবু প্রেতশ্রাদ্ধ কৌই।

## আদ্যশ্রাদ্ধগী নির্ণয়।

অশৌচান্তগী নোংমকোনবা নুমিত্তা হায়বদি ব্রাহ্মণগী ১১ নি, ক্ষত্রিয়গী ১৩ নি, বৈশ্যগী ১৬ নি অমসুং শূদ্রগী ৩১ নি শুবা নুমিত্তা অদুগা ত্রিরাত্রাশৌচগী মতাংদা ৪ নি শুবা নুমিত্তা শোনগদবা নত্রগা শোন্নিবা শ্রাদ্ধগী মমীং আদ্য শ্রাদ্ধ কৌই।

## আভ্যুদয়িক নত্রগা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধগী নির্ণয়।

গর্ভাধান * পুংসবন, সীমন্তোন্নয়ন, জাতকর্ম্ম, নিষ্ক্রমণ, নামকরণ, অন্নপ্রাশন, চূড়াকরণ, উপনয়ন, বিবাহ হায়বা সংস্কার মখল তরাগী উপলক্ষদা তৌগদবা আভ্যুদয়িক শ্রাদ্ধগী মমীং বৃদ্ধি শ্রাদ্ধ কৌই। মসিগী য়েংদুনা সপিণ্ডীকরণাপকর্ষ তৌবা য়াই। নৌনা ফংজবা মচানিপাগী মশকপু হান্না উবা, নবগৃহপ্রবেশ, কাম্যবৃষোৎসর্গ তীর্থযাত্রা, তীর্থদগী হল্লকপা

---

* সামবেদীশিংগী গর্ভাধানদা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধগী বিধি নৈতে। গর্ভাধান অদুমুক বৃদ্ধিগীমশক্তি।

অমসুং অতৈ প্রতিষ্ঠানচিংবা মাঙ্গলিক কর্ম্মদা তৌবা তাবা শ্রাদ্ধ অদুবুসু আভ্যুদয়িক শ্রাদ্ধ কৌই। অসিগুম্বা আভ্যুয়িক কর্ম্মশিংগী য়েংদুনা অপকর্ষ তৌগদবা নৈতে।

## পার্বণ শ্রাদ্ধদা পুরুষগী সঙ্খ্যা

বিকৃতপার্বণ নত্তবা অতৈ প্রকৃতপার্বণদা পিতা পিতামহ, প্রপিতামহ, মাতামহ প্রমাতামহ, বৃদ্ধপ্রমাতামহ—মখোয় মীশক ৬ অসিগীদমক শ্রাদ্ধ শোনগনি। মখোয় অসিগী মনুংদা কনাগুম্বনা হিংলবা পতিত ওইখ্রবা নত্রগা সন্ন্যাসী ওইখ্রবদি মদুবু হুন্দোক্তুনা মদুগী মথক থংবা মীরোল অমা লৌখত্তুনা মীশক ৬ শুহনগনি।

## বিকৃতপার্বণদা মীরোল মশীং

পিতাগী বিকৃতপার্বণদা পিতা, পিতামহ প্রপিতাহ মীরোল ৩ গী শ্রাদ্ধ শোনগনি। মাতাগী বিকৃতপার্বণদা মাতা, পিতামহী, প্রপিতামহী—মীরোল ৩ গী শ্রাদ্ধ শোনগনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা কনা-গুম্বা অমা হিংলবদি, সন্ন্যাসী ওইদুনা নত্রগা পতিত ওইদুনা শিখ্রবদি মহাক্কী শ্রাদ্ধ শোন্দনা মহাক্কী মথক থংবা মীরোল অমা লৌখ শ্রাদ্ধ শোনগনি। বিকৃতপার্বণদা মাতামহপক্ষ য়াওরোই। পিতৃপক্ষদা দর্ভময়ব্রাহ্মণ ৩নি। দেবপক্ষদা ২নি। চারুক ৫নি।

## সাম্বৎসরিক একোদ্দিষ্ট অমসুং পার্বণ শ্রাদ্ধগী অধিকারী

ইহান হানবদা পুত্র, নৈত্রগা পৌত্র, নৈত্রগা প্রপৌত্র, নৈত্রগা পত্নী, নৈত্রগা কন্যা, নৈত্রগা দৌহিত্র. নৈত্রগা পোকমিন্নবা মচীন মনাও; নৈত্রগা লোন্নবী মমানা পোকপা মচানিপা, নৈত্রগা পোকমিন্নবা মচীন মনাওনা পোকপা, নৈত্রগা লোন্নবী মমানা পোকপা মচানিপানা পোকপা—মীশক তরা অসিনা সাম্বৎসরিক একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধগী, প্রেতগী একোদ্দিষ্টগী, প্রেতশ্রাদ্ধগী, অধিকারীনি। তৌইগুম্বসুং সাম্বৎসরিক বিকৃতপার্বণ শ্রাদ্ধদদি মচানিপাদনা অধিকারীনি।

## বৃদ্ধি শ্রাদ্ধগী মতম অমসুং অধিকারী

দিবাদা অহানবা দণ্ড ৩গী মতুং দণ্ড ১০গী মনুংদা বৃদ্ধি শ্রাদ্ধ লোইথোক্কনি। বৃদ্ধি শ্রাদ্ধদা করিগুম্বা তিথিগী নিয়ম লৈতে। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা লৈবা তিথি অদুদা বৃদ্ধি শ্রাদ্ধ পাঙথোক্কনি। বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোনগদবা কর্ম্মগী কর্ত্তা অদুনা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধগী অধিকারীনি। তৌইগুম্বসুং নুপীনদি বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে। বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোন্দ্রাসু মপুং ওইবা থবক অদু পাঙথোকপা য়াই।

## বৃদ্ধি শ্রাদ্ধদা মীরোল মশাং

পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহ, মাতামহ, প্রমাতামহ, বৃদ্ধপ্রমাতামহ মীরোল ৬ অসিগী বৃদ্ধিশ্রাদ্ধবু সামবেদীশিংনা শোনগনি। যজুর্বেদী অমসুং ঋগ্‌বেদীশিংনা মীরোল ৬ অসিদগী হেন্না মাতা, 'পিতামহী অমসুং প্রপিতামহী ৩ অসিগীসু বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোনগনি। হায়খ্রিবা নিপা ৬ অমসুং নুপী ৩ অসিগী মনুংদা কনাগুম্ব হিংবা য়াওরবদি নত্রগা লম্বোইদুনা পতিত ওইদুনা শিখ্রবদি মহাক অদু হুন্দোক্লগা মওোন্দগী মথক থংবা মীরোল অমা লৌখৎলগা মশাং শুহনগদবনি। মাতৃপক্ষদা মাতানা হিংলবদি পিতামহী প্রপিতামহী অমসুং বৃদ্ধপ্রপিতামহী অসুম তৌনা লৌগনি।

## বৃদ্ধিগী উপলক্ষদা সপিণ্ডনগী বিধি।

গর্ভাধান, * পুংসবন, সীমন্তোন্নয়ন, জাতকর্ম্ম, নিষ্ক্রমণ, নামকরণ, অন্নপ্রাশন, চূড়াকরণ, উপনয়ন, মচানিপা অমসুং নুপীগী বিবাহ, মমামপা লৈরিঙৈদা মচানিপাগী অনীশুবনচিংবা বিবাহ অসি থোক্লরবদি হায়রিবা থবকশিংসি তৌগদবা সুমিৎ অদুগী মমাংথংবা সুমিত্তা মাতা পিতাগী অপকর্ষসপিণ্ডীকরণ তৌগনি।

---

* সামবেদীব্রাহ্মণতগী গর্ভাধানগী উপলক্ষদা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ লৈতে। মরমদি গর্ভাধান হায়বা থবক অসিমক বৃদ্ধিগী মশক্নি। মফম অসিদা বৃদ্ধি লৈত্রবসু পূর্বদিনদা মাসিকনা তৌবা সপিণ্ডননা লোইবা থবক অসি অপকর্ষ তৌগনি অমসুং পরদিনদা গর্ভাধান তৌগনি।

## সপিণ্ডীকরণগী অপকৃষ্টকাল।

চহী অমা মপুংফাবা মতম্না সপিণ্ডশ্রাদ্ধগী মুখ্যকল্প ওইবা মতম্নি। মতম অসিদা ঙম্মোইদবা লৈরগা তরুকশুবা থাগী মৃততিথিদা (করি-গুম্বা মতমদা মাপনশুবা থাগী মৃততিথিদ) নত্রগা ত্রিপক্ষদা (হায়বদি নুমিৎ ৪৫ নি শুবগী মৃততিথিদা) নত্রগা অশৌচগী মতুংদা প্রথম মাসগী নুমিৎ ১২ নিদা মাসিক ১২ শোল্লগা ১৩ নি শুবা নুমিত্তা সপিণ্ডশ্রাদ্ধ শোনগনি নত্রগা অশৌচগী মতুংদা প্রথম মাসগী নুমিৎ অমদা হেক্তা মাসিকশিংগা লোয়ননা সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ শোনগনি। হায়রিবা মতম ৫ অসি সপিণ্ডনগী অপকৃষ্ট হায়বদি গৌণকালনি। নুমিৎ ১২ নিদা মাসিক ১২ শোনবা তারবদি ৬ নি শুবা নুমিৎদা হান্নন। প্রথমষান্মাসিক শোন্দোক্লগা কোন্না যষ্ঠমাসিক অমসুং ১২ নি শুবা নুমিত্তা হান্ননা দ্বিতীয় ষান্মাসিক শোন্দোক্লগা কোন্না দ্বাদশ মাসিক শোনগনি। ১৩ নিশুবা নুমিত্তা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য মখোয় অসিত্তনা সপিণ্ডীকরণ শোনগনি। শূদ্রনদি নুমিৎ ১২নিদা মাসিকশিং শোল্লগা ১২ নি শুবা নুমিত্তু মক্তা সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ শোনগনি। আদ্য শ্রাদ্ধদগী সপিণ্ডীকরণ ফাওবসি জ্যেষ্ঠপুত্রতনা অধিকারীনি। মচানিপা অমখক্তা পোকপা মফমদা শিব-নাব হায়বসিদি নোংশি নোংদম্বা ঙমদবনিনা চহী অমগী মনুংদা হায়খ্রিবা মতমশিং অসিদা অপকর্ষ তৌথোকপা য়াই।

অপকর্ষ অসি মাগী মাগী কুলক্রমাগত ওইনা লাকপা ওইরবদি সপিণ্ডনাধিকারী খুদিংমক্না অপকর্ষ তৌথোকপা য়াই। শিখিবা নুমিত্তগী থা ১১ গী মনুংদা মলমাস লৈবা তারবদি নুমিৎ ১৩ নি চংনা মাসিক ১৩ শোল্লগা ব্রাহ্মণনচিংবা জাতিনা ১৪ নিশুবা নুমিত্তা সপিণ্ডনশ্রাদ্ধ অদুগা শূদ্রনা ১৩ নি চংনা মাসিক ১৩ শোল্লগা ১৩ নিশুবা নুমিৎ অদু-মক্তদা সপিণ্ডনশ্রাদ্ধ শোনগনি। হায়খ্রিবা ব্যবস্থাসিগী মতুং ইন্না অপকর্ষশ্রাদ্ধ তৌরবসু দেহাশৌচদি চহী অমা চুপ্পা লৈগনি। চহী ফারগা দেহাশৌচ লোইগনি। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা উপলক্ষ অমগীদমক চহী

অমগী মনুংদা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোনগিবা থোক্লবদি দেহাশৌচ মাঙ্খিগনি। বৃদ্ধিশ্রাদ্ধগী উপলক্ষদা অপকর্ষসপিণ্ডীকরণ তৌবা তাবা মফমদা করিগুম্বা মাসিক শ্রাদ্ধ থরা পতিত ওইদুনা লৈহৌরবদি পতিত মাসিক অদু কৃষ্ণপক্ষগী একাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা শোন্দোক্লগা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধগী মমাংগী সুমিত্তা লেমহৌবা মাসিকশিং অমসুং সপিণ্ডন শ্রাদ্ধ অদু শোল্লগা মতুংগী সুমিত্তা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোনগনি। মতাং অসিদা মহামহোপাধ্যায় ভরতচন্দ্র শিরোমণি অমসুং পূর্বস্থলী নিবাসী ৺ কৃষ্ণনাথ ন্যায় পঞ্চাননচিংবগী মত-দি অসিনি—তৌহৌদ্রবা পতিত পূর্বমাসিক অদু কৃষ্ণৈকাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা তৌবগী সম্ভাবনা লৈত্রবদি বৃদ্ধিগী উপলক্ষদা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধগী মমাংগী সুমিত্তা পতিত ওইবা মাসিক অমসুং লেমহৌবা মাসিক, সপিণ্ডীকরণ তৌবা য়াই। মরমদি মতাং অসিদা যুক্তি অমা লৈরি চহি হারৈবী মচানুপী লুহোংবা তারবদা মতম ওইবা য়াদ্রবা অমদি বিবাহগী দিন অতোপ্পা অমা লৈতবা তারবদি অমসুং বিবাহগী অপনবা ওইবা করিগুম্বা অরা অনা অমা থোকপা য়ানা লৈরবদি বৃদ্ধিগী মমাংগী সুমিত্ত পতিত ওইখিবা মাসিকশিংগা লোয়ননা অপকর্ষ সপিণ্ডন তৌগদবনি।

প্রেতত্বপরিহারগী মফমদা কারণ-ওইরিবদি মতম অমসুং ক্রিয়ানি, পূর্ণ সম্বৎসর অমসুং আদ্যশ্রাদ্ধদগী হেক্তুনা সপিণ্ডিকরণনা লোয়বা শ্রাদ্ধ ১৬না কারণ ওইবগুম্ব। বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ অমসুং বৃদ্ধিশ্রাদ্ধগী দমক শোনখিবা আদ্যদগী হেক্তুনা সপিণ্ডীকরণনা লোইবা শ্রাদ্ধ ১৬ নসু কারণ অদুমক ওইবনি।

বৃদ্ধিগীদমক্তা হায়দুনা বৃদ্ধিগী মমাং নোংমা লৈরিঙৈদা অপকৃষ্ট সপিণ্ডন তৌখিবা, তৌইগুম্বসুং বৃদ্ধিগী সুমিৎ অদুদা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোন্দ্রিঙৈদা অশৌচনচিংবনা প্রতিবন্ধক ওইদুনা বৃদ্ধিকর্ম্ম তৌহৌদ্রবা অসিগুম্বা মফমদা অতোপ্পা মতমঅমদা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ শোনবা লোইবা মতম অদুমক্তদা প্রেতত্ববিমুক্ত ওইগনি! অদুগা চহী অমগী মনুংদা বৃদ্ধি-শ্রাদ্ধ শোনখিবা লৈত্রবদি চহী অমা হেক কাখিবগা প্রেতত্বপরিহার

ওইগনি। মাসিক শ্রাদ্ধনচিংবা শ্রাদ্ধ ১৬ অপকর্ষ অমুক শোনখিবা অতুনা লোইরে। অসুমতোনা চহী ফাবা মৃততিথিদা সপিণ্ডনশ্রাদ্ধ শোল্লবসু প্রেতত্ব পরিহার ওইগনি। মপা লৈত্রবা অঙাং নিপামচানী অমসুং নুপীমচাগী সংস্কারদি মখোয়গী হান্না সংস্কার তৌগ্রবা মম্মান্বা অমসুং মবুঙনা তৌবিগনি। তৌইগুম্নসুং আভ্যুদয়িক শ্রাদ্ধদদি সংস্কার্য্য নিপামচা অমসুং নুপীমচাগী পিতা পিতামহ অমসুং প্রপিতামহ অদুগা মাতামহ, প্রমাতামহ অমসুং বৃদ্ধপ্রমাতামহগী মমিং পনগনি। নিপাগী পক্ষদা অমুকস্য পিতুঃ অসিনচিংবা। বনাগী (নুপী মচাগী) পক্ষদা অমুক্যাঃ পিতুঃ অসিনচিংবসি হায়গনি।

## পিতামহনচিংবনা প্রেত ওইরিঙৈদা পার্বণগী বিধি।

পিতা, পিতামহ অমসুং প্রপিতামহগী পার্বণ তৌগদবদা পিতামহনচিংবগী মমংদা কনাগুম্বনা প্রেত ওইরবদি মহাকপু হুন্দোক্লগা মাগী মথক্তা লৈবা পুরুষ অদু লৌদুনা মশীং অসুম শুহনগনি। অসুম তৌনা মাতাগী বিকৃত পার্বণ শ্রাদ্ধ শোনবা তাবদা পিতামহীনা প্রেত ওইরবদি মাবু হুন্দোক্লগা মাগী মথক থংবা নুপী (প্রপিতামহী) লৌদুনা মীশীং অসুম শুহনগনি।

## হিংলিবা অমসুং পতিত ওইবা পিতৃনচিংবগী শ্রাদ্ধ ককপ্পা।

পতিত ওইগ্রবা, সন্ন্যাসী ওইখ্রবা, হিংলিবা মীগীদমক শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে। পার্বণনচিংবগী মতমদদি মখোয় অসিবু হুন্দোক্লগা মীশীং অহুম শুনবগীদমক মখোয়গী মথক থংবা মীশক অমা লৌখত্তুনা শোনগনি।

## মপা লৈরিঙৈদা শ্রাদ্ধদা মচাগী অধিকার।

মপা হিংলবসু মচানা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ, প্রেতশ্রাদ্ধ অমসুং প্রায়শ্চিত্ত নিমিত্তক শ্রাদ্ধ, মাতাগী অমসুং মাতামহনচিংবগী সাম্বৎসরিকশ্রাদ্ধ শোনবা য়াই। মসি নত্তনা করিগুম্বা শ্রাদ্ধদদি অধিকার লৈতে।

## নুপীনা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াবা অমসুং য়াদবা।

আদ্য শ্রাদ্ধদগী হৌবা সপিণ্ডীকরণনা লোইবা প্রেতশ্রাদ্ধ অমসুং

সাম্বৎসরিক একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধ মুপীনা শোনবা য়াই। অসি নত্তবা করিগুম্বা শ্রাদ্ধ অমত্তা মুপীনা শোনবা য়াদে।

## শ্রাদ্ধদা অধিকার লৈতবা মীশক

নপুংসক, পতিত, সন্ন্যাসী অন্ধ (মীশাংবা), নাপংবা, জড় (লোনোওবা খোংত্তেকপা, অঙাওবা, মপাবু য়েংথিবা, মহাপাতক পাপ, অতিপাতক অমসুং উপপাতক পাপ পকপা মীশক মখোয় অসি করিগুম্বা শ্রাদ্ধদা অধিকার লৈতে।

## বালক শ্রাদ্ধ

উপনয়ন তৌদ্রিবা অঙাংনা শিরবদি মহাক্কী শ্রাদ্ধ শোয়দনা শোনগনি হায়বা করিসু লৈতে * করিগুম্বা নুংশিবদগী শোন্নিংলবদি সাপিণ্ডীকরণদি নত্তবা অতৈ শ্রাদ্ধ (আদ্যদগী দ্বাদশমাসিক ফাওবা) শোনবা য়াই। অদুগা অসিগী শ্রাদ্ধগী অমসুং পূরক্কী পিণ্ড অদু কুশ মথক্তা পীদনুনা লৈপাক্তা পীগনি।

## তোঙান তোঙানা শ্রাদ্ধ তৌফদবা অমসুং তৌগদবা।

আদ্যশ্রাদ্ধদগী সপিণ্ডীকরণফাওবা লৈবিবা প্রেতশ্রাদ্ধশিং অসি মচা নিপা অহলত্তনা তৌগদবনি। মহাক্কী মরল মথুম লৈজদ্রবদি অতৈ মচিল মনাওশিংনা শেলগী মতেং পাংলগা ময়াম্বা অহলবু তৌহলগনি। করিগুম্বা অহল অদুনা নাস্তিক্যনচিংবদগী তৌদ্রবদি মনাওশিংনা তৌগনি। সপিণ্ডীকরণগী মতুংদা থা খুদিংগী অমাবাস্যাতিথিদা তৌগদবা পার্বণ শ্রাদ্ধ অদু পূন্না চানরিবা মচিল মনাওশিংনা তোঙান তোঙান্না তৌফরোই। ময়াম অদুগী মনুংদা অমনা তৌরগা য়াই। তৌইগুম্বসুং তোঙান চানরবা মচিল মনাওশিংনদি তোঙান তোঙান্না তৌগদবনি, নত্রবদি পাপনি।

মপা অমসুং মমাগী মৃততিথিদা সাম্বৎসরিকশ্রাদ্ধ অমসুং মঘাত্রয়োদশীনিমিত্তকশ্রাদ্ধদি তোঙান চানরবসু চাদ্রবসু মচা পুম্নমক্না তোঙান তোঙান তৌগনি। নত্রবদি পাপনি।

---

* অসংস্কৃত প্রমীতানাংপিতা ন শ্রাদ্ধমাচরেৎ। যদি স্নেহেন কুর্বীত সপিণ্ডীকরণং বিনা॥ শ্রাদ্ধতত্ত্বে।

## মপা অমসুং মমানা প্রেত ওইরিবৈদা সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধগী বিধি

মপানা প্রেত ওইরিবৈদা মমাগী সাম্বৎসরিকশ্রাদ্ধ, অমসুং মমানা প্রেত ওইরিবৈদা মপাগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ শোনবা য়াই অমসুং প্রেতগী শ্রাদ্ধ শোনবা য়াই। অসি নত্তবা করিগুম্বা শ্রাদ্ধ অমা শোনবা য়াদে। প্রায়শ্চিত্ত তৌবা মচানা, মপানা অমসুং মমানা প্রেত ওইরিবৈদা প্রায়শ্চিত্তগী মমৈদা শুদ্ধিগীদমক পার্বণশ্রাদ্ধ শোন্নোই-দবনি। অসিগুম্বা মতাংদদি শ্রাদ্ধ শোন্দ্রবসু প্রায়শ্চিত্ত সিদ্ধ ওইগনি। চহি অমগী মনুংদা নত্রগা চহি ফারবদা সপিণ্ডীকরণ তৌগ্রবদি চহি অদুদা অমুক সাম্বৎসরিকশ্রাদ্ধ তৌরোই। অদুগা মচানিপা অমসুং মপুরোইবা লৈত্রবা মুপীগীদমক শোনগিবা আদ্যশ্রাদ্ধনে মাসিকশিংনে অসিনা সপিণ্ডীকরণ তৌদ্রবসু য়াগ্রবা মহাক অদুগীদমক অমুক হন্না হন্দকী অসিগুম্বদদি সাম্বৎসরিক শোনবা য়াদে। শোনগিবা শ্রাদ্ধ ১৫ অদুনা অহানবা চহিগী শ্রাদ্ধ সিদ্ধ ওইগ্রবনি।

## মলমাসদা শ্রাদ্ধ তৌগনি অমসুং তৌরোই হায়রবা

মলমাসদা করিগুম্বা শ্রাদ্ধ অমত্তা তৌবা য়াদে। মখাদা ইরিবা শ্রাদ্ধ খরা অসিদি য়াই। মদুদি নিরবকাশ * বৃদ্ধি শ্রাদ্ধ, প্রায়শ্চিত্ত অমসুং গ্রহণ নিমিত্তক শ্রাদ্ধ, গয়া শ্রাদ্ধ প্রেত শ্রাদ্ধ মলমাসদা শিখিবা মীগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ মলমাসদা তৌবা য়াই। শিখিবা মীগী তরানিথোইশুবা থাদা মলমাস লৈরবদি সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ শোনবা য়াই। তরানিথোইনিশুবা থাদা মলমাস লৈরে হায়দুনা মাসিক-শ্রাদ্ধ হেনগদবা লৈতে। থা ১১ গী মনুংদা মলমাস লৈরবতদা মাসিক শ্রাদ্ধ অমা হেনগদবনি।

---

* থবক অদুগী মুখ্যকাল হেনখ্রগা মহাক কুম মতম অমা ফংলোইদবা মাগী মফিং নিরবকাশ কৌই। মদুদি—মচানিপাগী অন্নপ্রাশনদা তরুকশুবা থানামুখ্যকালনি, থা তরুক হেনখ্রবদা মুখ্যকাল অমা অমুক ফংলোই। মরম অসিনা তরুকশুবা থাদা তৌগদবা অন্নপ্রাশনবু নিরকাশ কর্ম্ম কৌই।

চহী ক্ষাবদা সপিণ্ডীকরণ শোনগ্রবদা অমসুং বৃদ্ধিগী উপলক্ষদা অপকর্ষসপিণ্ডন তৌখ্রবদা শিখিবা মী অদু প্রেতদেহ থাদোক্তুনা পিতৃলোক ফংই। বৃদ্ধিগী উপলক্ষ নত্তনা চহী অমগী মনুংদা সপিণ্ডীকরণ তৌগ্রবসু চহী অমা লেপ্রিবমখৈ প্রেত অদু পিতৃলোক ফংদে। অসিগুম্বা মফমদা সপিণ্ডীকরণগী মতুংদা গর্ভাধাননচিংবা কর্ম্ম অসি খোল্লরবদি মদু হেক লোইবগা প্রেত অদু পিতৃলোক ফংই। বৃদ্ধিকর্ম্মগী উপলক্ষদা চহী অমগী মনুংদা সপিণ্ডীকরণ তৌগ্রবা করিগুম্বা বিয়্ন অমদগী বৃদ্ধিকর্ম্ম অদু তৌখিদ্রবা অদু ওইরবদি চহী অদুগী মনুংদা বৃদ্ধিকর্ম্ম অদু তৌরকপা নুমিৎ অদুদা নত্রগা চহী অদু হেল্লগা প্রেত অদু পিতৃলোক ফংই।

## প্রেতশ্রাদ্ধ শোয়ফদবনি হায়বা।

আদ্যশ্রাদ্ধদগী হৌদুনা সপিণ্ডীকরণ ফাওবা লৈরিবা প্রেতশ্রাদ্ধশিং অসি মহাক্কী উদ্দেশ্যদা তৌখিদ্রিবা মহাক অর্তুনা প্রেতদেহ থাদোক্তুনা পিতৃলোক ফংদে। মচানিপা অমসুং মপুরোইবা লৈতবী নুপীগী সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ শোন্নবা বিধি লৈতে। মহাক্কীদি আদ্যদগী দ্বাদশ মাসিক শ্রাদ্ধ ফাওবা ১৫ অসিদং শোনগনি। মসি তৌদ্রগা নুপী অদুসু পিতৃলোক ফংবা ঙমদে। কাশীধামনচিংবদা শিখ্রবদা শিখ্রবা মহাক অদু প্রেতদেহ ফংদুনা লৈগনি হায়বসি থন্নবা য় দ্রবসু মচানিপানচিংবা অধিকারীশিংনা মশা মশাগী প্রত্যবায় ( পাপ ) কোক্ল-বগীদমক প্রেতক্রিয়ানচিংবা পুম্নমক শোয়দনা তৌগদবনি।

## আমান্নশ্রাদ্ধগী বিধি।

বিকৃতপার্বণ নত্তনা পার্বণশ্রাদ্ধ অমসুং তীর্থনিমিত্তক শ্রাদ্ধ, মখোয়শিংসি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্যনা আমান্ন ( চেঙ ) না শোনগনি। চাক থোংদুনা শোনগদবা শ্রাদ্ধ অদুগী নুমিৎ অদুদা মৈ লৈত্রবা নত্রগা চাক থোংনবগী করিগুম্বা অপনবা অমা থোক্তুনা থোংবা য়াদ্রবদি চেঙনা শোনগনি, শূদ্রশিংনদি মতম পুম্নমক্তা চেঙনা শোনগনি। তীর্থ চৎলমদাইদা তীর্থ ফংলবদ, জাতি পুম্নমক্না চেঙনা শ্রাদ্ধ শোনগনি

তৌইগুম্বমসুং প্রেতশ্রাদ্ধ অমসুং সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধদি চাক থোংলগা চান্না শোনগনি।

## অন্নপাক্কী অধিকার অমসুং পক্কান্নশ্রাদ্ধগী বিধি।

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য জাতি অহুম অসিবু দ্বিজাতি কৌই। মখোয়শিং অসিগী স্ত্রী (মুপী) না থোংবা চান্না প্রেতশ্রাদ্ধ শোনগনি। শূদ্রশিংনদি হায়রিবা শ্রাদ্ধশিং অসি চেঙনা শোনগনি, করিগুম্বদা চান্না শোনবগী অধিকার লৈতে। চাক থোংবদি মশামন্না, মাগী মুপীনা, পুরোল ৭ কী মন্নুং চনবা সপিণ্ডজ্ঞাতিনা থোংগনি। মসি নত্তবা কনাগুম্বগী অধিকার লৈতে।

## আমশ্রান্নাদ্ধদা চেঙ চাম্বগী বিধ

চেঙনা শোনগদবা শ্রাদ্ধশিংগী মনুংদা বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ অমসুং গ্রহণ নিমিত্তক শ্রাদ্ধদা চেঙ চামগদবনি। অসি নত্তবা শ্রাদ্ধদা চেঙ চামগদবা লৈতে। তৌইগুম্বমসুং পিণ্ড দানগীদমক্তদি শ্রাদ্ধ খুদিংমক্তা চেঙ চামগদবনি।

## পিণ্ডসমর্পণগী মফম।

ব্রাহ্মণ, ষণ অমসুং হাংগেংদা পীজথোক্কনি। মখোয় অসি লৈত্রগা মৈদা নত্রগা ঈশিংদা পিণ্ড লংশিনগনি।

## শ্রাদ্ধকর্ত্তানা তৌব য়াদবা থবক।

অনীরক হন্না চাবা, ক্রোশ অমদগী হেনবা লম্বী চৎপা, চৌবরনচিংবা শান্নবা, বেদ তম্বা, তুরেল লানবা, মীগী দান লৌবা, সায়ংসন্ধ্যা তৌবা, হন্না ইরুজবা, অতোপ্পগী চাক চাবা য়াদে। স্তুতি পাঠক (অঙম অথৌগী মগুণ শকপা) লাইরবা অমসুং চাকনিবাশিংদা দান তৌবা য়াই, অতোপ্পদা য়াদে।

## শ্রাদ্ধদা শীজিন্নবা য়াদবা লৈ অমসুং অতৈ পোৎ

অঙাঙবা লৈ শ্রাদ্ধদা শীজিন্নবা য়াদে; তৌইগুম্বমসুং করবীর, ঈশিংদা শাৎপা লৈ অঙাঙবা, বক-পুষ্প মখোয় অসিদি শীজিন্নবা য়াই। অঙোৎ পীতঝিন্টি, মনমকনবা, লৈ, মনম নমদবা লৈ, মোংক্রম্নচিংবা অমাংবা মফমদা শাৎপা লৈ, শ্রাদ্ধদা শীজিন্নবা য়াদে। মরু পানবা লফোই

তোরবোৎ থামেন, খোঙহুম, পালংশাক, হঙ্গাম, মশুরী রজমাষ, ইরোইষঙ্গোমনচিংবা, মৎস্য, মাংস, অনীরক থোংখ্রবা চেঙ (উশনা চেঙ) মথোয় অসি শ্রাদ্ধদা শীজিন্নবা য়াদে।

পাত্রগী জাংনা লৈপাক্কী, মিশিগী, নূংগী, য়োৎকী পাত্র অমসুং অতেকপা অমসুং অকায়বা পাত্র, খুদোল নিপালদগী রূপা পাত্র শ্রাদ্ধদা শীজিন্নবা য়াদে।

## কাউথোক্লুরবা মাসিক শ্রাদ্ধ অমসু পতিত ওইখ্রবা বাৎসরিক শ্রাদ্ধ

আদ্যশ্রাদ্ধদগী সপিণ্ডীকরণ ফাওবা লোইনা শোন্দোকখ্রবা মতুংদা মাসিক শ্রাদ্ধ অমা কাউদুনা শেলহোন্দ্রে হায়না নীংশিংলক্লবদি চীথ-হোবা মাসিক শ্রাদ্ধ অতুতং কৃষ্ণা একাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা শোন-গনি চীথংলোবা মাসিক অদুদগী হোদুনা সপিণ্ডীকরণ ফাওবা অমুক হন্না শোনগদবা নত্তে।

বাৎসরিক (চহী চহীগী শোনগদবা) শ্রাদ্ধ অদু চহী ২।৩ চুপ্পা শোলহৈদ্রবদি মথোয় অদু চহী অদুগী শ্রাদ্ধগী মৃততিথিগী মমাংদা কৃষ্ণা একাদশীদা নত্রগা অমাবাস্যাদা মথং মথং শোন্দোক্লগা মৃততিথিদা চহী অদুগী বাৎসরিক শ্রাদ্ধ শোনগনি।

## শ্রাদ্ধগী মতীক চাদবা মফম অমসুং লৈপাক।

উফুল হোবা, অমসুং লৈখোম থোকপা কৃমিকীটনচিংবা লৈবা মফমদা, ম্লেচ্ছ দেশ (চতুর্বর্ণগী বিভাগ লৈতবা) দেশতা অমসুং তাবদা সুংঙাইতবা মখোল তাবা মফম, পুক্লীং থুকপা মফম, মনম নমথিবা মফম, য়াম্না চিনবা মফম, চেক্লা চনবা মফমশিং অসিদা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে। শ্রাদ্ধগী মতীক চাবা মফমদি ষষ্ঠীনা কজনা তৈথোক্লবা, মনম সুংশিবা অমসুং তীর্থ, পুক্লীং পেনবা মফম, অচীকপা মফমশিং অসিনা শ্রাদ্ধগী মতীক চাবনি।

অতোপ্পগী মীরমদা শ্রাদ্ধ শোনবা তাক্লবদি অহানবদা লম মপুগী পিতৃলোকতা ভোজ্য কৎলগা শোনগদবনি। তৌইগুম্বসুং গঙ্গা, কুরু-

ক্ষেত্র, সরস্বতী, প্রয়াগ, নৈমিষারণ্য, পুষ্করনচিংবা তীর্থস্থানশিং, অমসুং চীং, বন, নদ, নদীগী মপাল মখোয় অসিদি মপু কৈতবা মফমনি। মরম অদুনা মখোয় অসিদা শ্রাদ্ধ শোনবা তারবদি লম মপুগী পিতৃ-লোকতা ভোজ্য কৎকদবা নত্তে।

## শ্রাদ্ধদা শীজিন্নগদবা পাত্র।

সনা, রূপা, কোরী, শুক্তি, মোইবুং, স্ফটিকমণিনা শাবা, লকুতুম্বানা শাবা খুদোল নিপালদগী তাদবা পাত্রনা অথোইবনি।

## দর্ভ (কুশ)

হরিশয়নগী মমাংদা খাওহোবা কুশ অমসুং মচু লৈত্রগা খুদক্তা থাওবা কাশ (তুম্নৌ) বনম, শ্রাদ্ধদা শীজিন্নবা য়াই। মোক্ষমদা অমসুং লম্বী ময়াদা, যজ্ঞ ভূমদা হৌবা কুশ, কাশনচিংববু, ফম্নরবা আসনগী কুশবু, মথক্তা পিণ্ড থমগ্রবা কুশবু, মথক্তা তর্পণ তৌগ্রবা কুশবু, মূত্র অমসুং লুখারুচিংবা পল্লবা কুশবু, হুই অমদগী তাবা কুশবু শ্রাদ্ধদা শীজিন্নরোই। ময়োল শংলবা, মনা অহুমদি পানবা থিংথোবু পিতৃ-পক্ষদা মপোপ ৩, ময়োল য়াওবা মনা অহুম পানবা তিংথোবু দেবপক্ষদা মপোপ ৩, অর্ঘ্যদা হাপকনি। পিতৃপক্ষদা তিলোদকনা, দেবপক্ষদনা যবনা শ্রাদ্ধ শোনগনি।

## প্রেতগী বৃষোৎসর্গগী বিধি অমসুং মতম।

অশৌচান্তদ্বিতীয়দিনতনা বৃষোৎসর্গগী মুখ্যকালনি, অমসুং সপিণ্ডী-করণ তৌড্রিবৈগী মতম, ত্রিপক্ষ হায়বদি মৃততিথিগী মতুংগী তিথিদগী হৌনা থীরগা নুমিৎ ৪৫ শুবা মৃততিথি, তরুকশুবা থাগী মৃততিথি, নত্রগা চহি ফাবগী মৃততিথিদা শিগ্রবা মী অদুগী প্রেত লোক থাদোক্লবগীদমক অমসুং স্বর্গলোক ফংনবগীদমক প্রেতগী বৃষোসর্গ তৌবিগনি। অশৌ-চান্তদ্বিতীয়দীন নত্তবা মতম অতৈদি গৌণকালনি। অশৌচান্তদ্বিতীয়া দিনদা বৃষোৎসর্গ তৌবা মতমদা "অশৌচান্তাদ্দ্বিতীয়েহহ্নি" হায়বসি পনগনি। ত্রিপক্ষনচিংবা মতমদদি ত্রিপক্ষনচিংবা রাহৈদি পল্লোই বৃষোৎসর্গদা মুখ্যচান্দ্রমাস লৌগনি। মথক্তা প্রেতবৃষাৎসর্গগী মতম

খর হায়থ্রিবা অসিগী মমাংদা করিগুম্বা মরম অমনা সপিণ্ডীকরণ তৌগ্রবদি অদুগী মতুংদা অমুক বৃষোৎসর্গ তৌবা য়াদে। সপিণ্ডীকরণগী মতুংদা শিথ্রিবা মী অদুগী চহি অমগী মনুংদা নত্রগা চহি অমগী মতুংদা স্বর্গ-গীদমক কাম্যবৃষোৎসর্গদি তৌবা য়াই।

## কাম্যবৃষোৎসর্গগী মতম।

সপিণ্ডীকরণগী মতুংদা করিগুম্বা অমা পামদুনা তৌরিবা বৃষোৎ-সর্গবু কাম্যবৃষোৎসর্গ কৌই। মচানিপা হিংলিবা নিপানা নত্রগা মচানিপা পোক্রবা নিপানা হিংলিদৈদা মশাগী স্বর্গ পামদুনা কাম্য-বৃষোৎসর্গ তৌবা য়াই। মতুগী মতমদি—দক্ষিণায়নসংক্রান্তি, উত্তরায়ণ সংক্রান্তি, জলবিষুব সংক্রান্তি অমস্তুং আশ্বিন মাসদা রেবতীনক্ষত্রদা, চন্দ্রসূর্যগ্রহণদা, অন্টকা অদুমদা হায়বদি পৌষগী কৃষ্ণাষ্টমী, মাঘগী কৃষ্ণাষ্টমী, ফাল্গুনগী কৃষ্ণাষ্টমীদা বৃষোৎসর্গ অসি তৌরবদি মথক লোমদা মীরোল ৭, মথরোমদা মীরোল ৭ অসিগী উদ্ধার ওই। কাম্যবৃষোৎসর্গদা বৃদ্ধি শ্রাদ্ধ তৌগনি। কাম্যবৃষোৎসর্গ অমস্তুং প্রেতগী বৃষোৎসর্গ অনীমক অসি মলমাসদা অমস্তুং শুক্রাস্তনচিংবা অকালদা তৌরোই। বৃষোৎসর্গগী মতমদি মধ্যাহ্ননা মুখ্যকাললনি খণ্ডনগনি। মুমিৎ নিনি মক্তা হায়থ্রিবা তিথি অসি ফংলবদি একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধগী মতীকচাবা মতম ফংবা মুমিৎ অদুদা বৃষোৎসর্গ তৌগনি। চহী ফাবা তিথি অদুদা সপিণ্ডীকরণ তৌবা তারগনা সপিণ্ডীকরণ তৌ-দ্রিদৈদা বৃষোৎসর্গ হান্না তৌথোকহৌরগা কোন্না সপিণ্ডীকরণ তৌগনি। চহি ফাবা মৃততিথিদা বৃষোৎসর্গ তৌবা মতমদা পূর্বদিনদা সপিণ্ডী-করণগী মতীকচাবা মতম অপরাহ্নদা বিহিত তিথি অদু ফংলবা অদুগা মতুংগী মুমিৎতনা তিথি অদু মধ্যাহ্ন ফাওবতমক ফংলবা মতাং অদুদদি সপিণ্ডীকরণগী য়েংদুনা পূর্বদিনদা বৃষোৎসর্গ তৌথোক্কনি। কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হায়রিবা অমনা অসিগুম্বা মতাং অসিদদি বৃষোৎসর্গ তৌররোই। অশৌচান্ত দ্বিতীয়দিনদদি মলমাস অমস্তুং শুক্রাস্তনচিংবা অশুদ্ধ কাল অসি ওইরবস্থ বৃষোৎসর্গ তৌগনি, তৌইগুম্বসুং ত্রিপক্ষদা

অমসুং তরুকশুবা থাদা অমসুং চহি ফাবদা মলমাস অমসুং শুক্রাস্তন-চিংবা অকাল থোক্লবদি বৃষোৎসর্গ তৌরোই।

তৌইগুম্বসুং নবদ্বীপনিবাসী মহামহোপাধ্যায় ৺ মধুসূদনস্মৃতিরত্ন মহাশয়নচিংবা পণ্ডিত খরনা তাকপিবিবনা—" অশৌচান্তদ্বিতীয়দিন হায়বা অমসুং পুর্ণসম্বৎসর হায়বা মতম অনী অসিমক বৃষোৎসর্গগী নিরবকাশ কালনি। মরম অসিনা মতম অনী অসিদা মলমাস অমসুং শুক্রাস্তনচিংবা অকাল ওইরবসু বৃষোৎসর্গ তৌগনি, অতৈদনি তৌরোই।"

জাতি পুম্নমক্কী মুপীনা অমসুং লুগুন থাংদ্রিবা অঙাংনা বৃষোৎ-সর্গ তৌবা য়াই। দ্বিজতনয় (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য) না উপনয়ন তৌদ্রিঙৈদসু পিতা অমসুং মখাগী উদ্দেশদা পিণ্ডোদকদান, ভুমিদাননচিংবা ষোড়শদান, বৃষোৎসর্গগী অধিকার চপচানা লৈ।

যণহাতম মরিগা লোয়ননা তৌগদবা বৃষোৎসর্গদা যণ হাতম মরি শুত্রবদি অনীতগা লোয়ননা তৌবা য়াই। যণ লাবা অমসুং হাতমশিং অসি থাদোকপ্রবা মতুংদা মখোয় অদু ঙাকপা শেনবিদদুনা শিখিবগী দমক দাতাগী করিগুম্বা প্রায়শ্চিত্ত অমত্তা তৌগদবা লৈতে।

যণ লাবা অদুবু কনাগুম্বনা গাড়ী চিংনহল্লুবা যণবোৎ খোইল্লুবা তৌরোইদবনি। যণ হাতমশিং অদুনা মচা পোক্লবদা মখোয়শিং অদুগী মখোম অদু কনা অমত্তনা থক্লোইদবনি। মাগী মখোম অদু দেবকার্য্য অমসুং পিতৃকার্য্যদা শীজিন্নরোইদবনি।

অশৌচান্তদ্বিতীয়দিনদা মাগী দমক বৃষোৎসর্গ তৌখিত্রবা মহাক অদুগী শ্রাদ্ধ চামা শোন্দুনসু প্রেতত্ববিমুক্তি ওইবা লৈতে। মরম অসিনা অধিকারীশিংনা মাগী মাগী সামর্থ্যগী মতুং ইন্না শিপ্রবা মীগী উদ্দেশদা বৃষোৎসর্গ তৌগদবনি।

## চন্দন ধেনুদানগী ব্যবস্থা।

রজোনিবৃত্তি ওইদ্রিবী মুপীনা মপুরোইবা অমসুং মচানিপা লৈরি-ঙৈদা, শিরবদি মহাক্লা স্বর্গ ফংনবগীদমক মচানিপা অহনবা চন্দনাঙ্কিতা

ওইবী মচা চেনবী ষণবী অমা দান তৌরগা আচার্য্যদা কখোক্কনি। অদু ওইরবদি মমা তদুনা পাপ কয়া তৌখ্রবসু পুন্নমক কোক্তুনা স্বর্গ কংই। মফম অসিদা হায়রিবা মচানিপা হায়বসি মশাগী পোকচবা অমসুং দত্তক পুত্র অনীমকপু হায়বনি। লোন্নবীগী মচানিপাবু নত্তে। মরমদি লোন্নবীনা পোকপা মচানিপাদি অতিদিষ্ট পুত্রনি। মশামিন্না পোকচবা অমসুং দত্তক পুত্রদি উপদিষ্ট পুত্রনি। অতিদিষ্ট পুত্রগী চন্দনধেনুদানদা অধিকার লৈতে, বৃষোৎসর্গগী অধিকার লৈ।

মফম অসিদা মচা মন্না লৈরিবী হায়বা রাহৈ অসিনা মচা মন্না অনীমক পুন্না লৈরিবী হায়না খণ্ডনগনি। মতম অদুদা চন্দনধেনু-দান তৌগদবনি। করিগুম্বা মুপী অদু শিবগী অশৌচগী মনুংদা মপু-রোইবা অদু শিরবদি চন্দনধেনুদান তৌরোইদবনি হায়না কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হায়রি, মরমদি চন্দন ধেনুদানগী মতমদা মপুরোইবা লৈররোই। অমুক কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হায়রি—মুপী মহাক্না শিব মতমদা মপুরোইবগা মচানিপাগবু লৈরবদি চন্দনধেনুদান তৌগদবনি, অশৌচান্তদ্বিতীয়দিনদা লৈতবনা করিস্মু কায়বা লৈতে। মত অনী-সিগী মনুংদা অনিশুবা মত অসিনা ফৈ।

মচা মন্না লৈবী মুপীনা শিবগী অশৌচগী মনুংদা মচানিপা অদু শিরবদি মচানিপা লৈত্রবনিনা অতোপ্পা শ্রাদ্ধাধিকারী অমনা চন্দন ধেনুদান তৌবা য়াদে, বৃষোৎসর্গ তৌগনি। মরমদি মচানিপা লৈতবী মরাদি লৈরিবী মুপীগী চন্দনধেনুদান য়াদে হায়বসি কপিলগীবচননা তরং তরংনা তক্লি। মহুদি মৃৎপুত্রাচ যা নারী তথৈবামৃতভর্ত্তৃকা॥ তস্যা ধেনুর্নদাতব্যা বৃষোৎসর্গো বিধীয়তে॥ অপুত্রা যামৃতাকাচিৎ তস্যা ধেনুর্বিগর্হিতা। দদ্যাদ্ধেনুং সুতো জ্যেষ্ঠঃ কনিষ্ঠো বৃষ মুৎসৃজেৎ॥

ঋতু লৈরিবী মুপীগীদি মচানিপা অহননা চন্দনধেনুদান, অতোপ্পনা বৃষোৎসর্গ তৌগনি। ঋতু লৈত্রবী মুপীগীদি চন্দনধেনুদান তৌররোই, বৃষোৎসর্গদমক তৌগনি।

মচীন মনাও অনী লৈবা মক্মদা অহানবনা জ্যেষ্ঠনি, অহুম লৈবা মক্মদা অহানবা অমসুং অনীশুবনা জ্যেষ্ঠনি, মরী লৈবা মফমদনা অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবনা জ্যেষ্ঠনি, মঙা লৈবা মফমদা অহানবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবনা জ্যেষ্ঠনি, অদুনা অনী অদুনা কনিষ্ঠনি খঙনগনি ।

অহননি হায়না তাকখিবা মীশকশিং অদুনা মথং মনাও নাইনা মথক থংবদু লৈরগা মথা থংবদুনা জ্যেষ্ঠ ওইদুনা চন্দনধেনুদান তৌগনি, কনিষ্ঠশিংনা বৃষোৎসর্গ তৌগনি । মদুগী প্রমাণ দ্বয়োঃ সোদরয়ো রেকো ভবেজ্জ্যেষ্ঠঃ প্রধানতঃ । ত্রয়াণাং দ্বৌ স্মৃতৌ জ্যেষ্ঠৌ চতুর্ণাঞ্চ ত্রয়ঃ স্মৃতাঃ । পঞ্চানাং সোদরাণাঞ্চ ত্রয়ো জ্যেষ্ঠাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ । জেষ্ঠৈনৈবতু কর্ত্তব্যং ধেনুদানং বিধানতঃ ॥

মপা হিংলিবা নিপাগী আভ্যুদায়িকশ্রাদ্ধদা অধিকার লৈবগুম্না চন্দনধেনুদানগী অধিকার লৈবনিনা মাগী অঙ্গ ওইবা ধেনুগী মমৈদগী তারকপা ঈশিংনা তর্পণ তৌবস্থ মশানা য়াফম থোক্লবনি খঙনগনি ।

মপা হিংলিবা মীশিংনা বৃষোৎসর্গদা ষণ্ডাবগী মমৈদগী তারকপা ঈশিংনা তর্পণ তৌবা য়াদে হায়রিবশিংগী মত অদু যুক্তিনা মরম ওইদুনা ভ্রান্ত (অরানব) নি হায়না লৌগনি ।

চন্দনধেনুদানগী মতম— অশৌচান্তদ্বিতীয়দিনদা, ত্রিপক্ষদা, তরুকশুবা থাগী মৃততিথিদা, সম্বৎসরদা, সপিণ্ডীকরণদিনদা সপিণ্ডীকরণ তৌদ্রিঙৈদা, প্রেতমাসিক শ্রাদ্ধদিনদা চন্দনাঙ্কিতধেনুদান তৌগনি ।

কাম্যচন্দনধেনুদানগী মতম— উত্তরায়ণসংক্রান্তি, দক্ষিণায়ণ সংক্রান্তি, জলবিষুব সংক্রান্তি অমসুং মহাবিষুব সংক্রান্তিদা অষ্টমীদা অমসুং যুগাদ্যা তিথি (অক্ষয়তৃতীয়া, কার্ত্তিকী শুক্লানবমী, ভাদ্রকৃষ্ণা ত্রয়োদশী, মাঘী পূর্ণিমা) দা অমসুং অমাবাস্যাদা পূর্ণিমাদা, মন্বন্তরা তিথিদা চাজেনবী চন্দনাঙ্কিত ওইবী ধেনুবু দান তৌগনি । কাম্যচন্দন-ধেনুদানদি মলমাসদা শুক্রাস্তনচিংবা অকালদা তৌবা য়াদে । চন্দন ধেনুদানগী ব্যবস্থাদি বৃষোৎসর্গগী ব্যবস্থাগুমনা তৌগনি ।

## অশিব হকচাং মৈ থাবগী পদ্ধতি।

অশিব মীগী মকোক্তা মৈ চুগদবা মীনা মোংফমদা কুশগী মথক্তা অশিব মশাবু ফিনা কুপশিল্লগা মকোকপু মখা থডনা হিপহনগনি। মহাক্লা ইরুজথোক্লগা অহনবা চকুদা নত্রগা কোল অমদা মখারোমদা ওনবা লৈরং অমদা চাক থর থোঙ্গনি। মতুং অদুদা অশিব মশাদা ঘৃত (ঘী) থেরগা মথগী মন্ত্রনা স্নান তৌবিগনি। মন্ত্রদি—ওঁ গয়াদীনিচ তীর্থানি যে চ পুণ্যাঃ শিলোচ্চয়াঃ। কুরুক্ষেত্রঞ্চ গঙ্গাঞ্চ যমুনাঞ্চ সরিদ্বরাম্। কৌশিকীং চন্দ্রভাগাঞ্চ সর্ব্বপাপ প্রণাশিনীম্। ভদ্রাবকাশাংসরযূং পনসাংগণ্ডকীং তথা। বৈণবঞ্চ বরাহঞ্চ তীর্থং পিণ্ডারকং তথা। পৃথিব্যাং যানি তীর্থানি সরিতঃ সাগরাংস্তথা॥ মতুংদা অশিববু অহনবা ফিরোই ফিডাম শুনা শেংপিরগা অহনবা লুগুন থাংবিরগা মশদা চন্দননচিংবা থেশিনবিরগা মমীৎ অনী, মনা অনী, মনাতোন অনী অমস্তুং মতীন মফমশিং অসিদা সনা মচেৎ ৭, লৈত্রগা সেঞ্জেং মচেৎ ৭ হাপচিল্লগা অশিবমশাদা অহনবা ফি অমনা কুপশিনগনি। হন্না পোত্তুনা থমখিবা চাক অদুগী তঅ্থাই অমা লংথোকপ্রগা তঅ্থাই অমনা পিণ্ড অমা তাগনি। মতুংদা ওই থংবা খুকউ লৈতাদুনা মায় মখা ওন্না ফমদুনা য়েংথংবা লেংজুমদা লুগুন থাংদুনা ঈশিংগা যন্থীগনা তরু তরুনা থেথোক্লবা মফমদা চুথেকমরী নাইবা রেখা অমা ইগনি। রেখা অদুদি—মোইরাং লাইজিদগী চিংলকপনা মথং মথঃ ওইনা হৈরম, খৈস্থে, কৌক্রু অমস্তুং মোইরাং লাইজিতান্না চিঙ্গনি। মতুংদা কুশ মনা অনীথক ওয়না লোরগা পীবত্ত য়েৎনা লোরগা মদুনা "ওঁ অপহতা অসুরা রক্ষাংসি বেদিষদঃ" মন্ত্র অসি থীরগা রেখা অদুগী ময়ায়দা মতোন মখা ওনবা রেখা অমা য়েক্কনি। অদুগী তুংদা অককপা কুশ খরা রেখা অদুগী মথক্তা থারগা য়েৎথংবা খুৎনা থোইদিং খরা পায়রগা "ওঁ এহি প্রেত সৌম্য গম্ভীরেভিঃ পথিভিঃ পূর্ব্বিনেভিঃ। দেহ্যস্মভ্যং দ্রবিণেহ ভদ্রং রয়িঞ্চ নঃ সর্ব্বীরং নিযচ্ছ॥" মন্ত্র অসি থীরগা থোইদিংশিং অদু থারিবা

কুশগী মথক্তা চাইথোক্লগা প্রেতগী আবাহন তৌগনি। মতুংদা থোইদিং তুলসী অমসুং মোটককা লোয়ননা ঈশিং অহু খালিদা হাপ্তুনা পায়রগা "ওঁ অমুক গোত্র প্রেত অমুক দেব শর্ম্মণ্ অবনেনিক্ষ্ব" ( নুপী ওইরগা— অমুক গোত্রে প্রেতে অমুক দেবী অবনেনিক্ষ্ব )" রাহৈ অসি হায়দুনা অথাবা কুশগী মথক্তা খুবিগা খুদোনবীগা অনীগী মরক্তা হৈথগনি।

মতুংদা থোইদিং তুলসী মোটক অমসুং ঘৃতগা লোয়ননা পিণ্ড অহু ওয়দগী য়েৎনা পায়রগা "ওঁ অমুক গোত্র প্রেত অমুকদেব শর্ম্মণ্ এতত্তেঽন্নমুপতিষ্ঠতাম্ ( নুপী ওইরগা-অমুক গোত্রে প্রেতে অমুক দেবী এতত্তেঽন্নমুপতিষ্ঠতাম্ ) রাহৈ অসি হায়দুনা থারিবা কুশগী মথক্তা খুবী অমসুং খুদোনবীগী মরক্তা পীগনি। মতুংদা পিত্রপাত্র অহু ঈশিংনা চাম-থোক্লগা ঈশিং অহু থোইদিং তুলসী অমসুং মোটককা লোয়ননা লৌরগা ওঁ অমুক গোত্র প্রেত অমুকদেবশর্ম্মণ্ অবনেনিক্ষ্ব (নুপী ওইরগা— ওঁ অমুক গোত্রে প্রেতে অমুকদেবি অবনেনিক্ষ্ব ) অসি হায়দুনা পিণ্ডগী মথক্তা হৈথগনি। * অদুগী তুংদা কিরা থাংবনা অমুক হন্না ঈরুজথোক্লগা শেংদোক্লবা মফমদা খা অরাং ওইনা শিং শেন্নগা ফি অনীগা লোয়ননা শিং মথক্তা মকোক মখা ওন্না উপ্পা ( নুপী ওইরগা লোংনা ) হিপহনগনি অদুগী তুংদা "ওঁ দেবাশ্চাগ্নিমুখাঃসর্ব্বে হুতাশনংগৃহীত্বা এনং দহন্তু" মন্ত্র অসি হায়দুনা মৈ পায়দুনা ওঁ কৃত্বাতুদুস্করং কর্ম্ম জানতাবাপ্যজানতা। মৃত্যুকালবশং প্রাপ্য নরং পঞ্চত্বমাগতম্॥ ধর্ম্মাধর্ম্ম সমাযুক্তং লোভমোহ-সমাবৃতম্। দেহেয়ং সর্বগাত্রানি দিব্যান্ লোকান্ স গচ্ছতু॥ ( নুপী ওইরবদা "নরং পঞ্চত্বমাগতম্" অসুম্মক হায়গনি মন্ত্র অসি থীনা থীনা শিংথক্তা লৈরিবা অশিববু ৭ লক নত্রগা ৩ লক য়েৎওইননা কোয়রগা মায়মখা ওন্দুনা মমায় মথক্তা কোক্তা মৈ চুগনি। মৈ

---

* মী শিরবদা কির থাংবনা ঊরুজরগা শুম'ংদ চাক থাংলগ মতুনা পিণ্ড ৩ তারগা অশিববু ঊরুজথোকপিরব মতুংদা রেখানচি'ব ইরগা মোংক দ পিণ্ডপিবগী নিয়ম মতুং ইন' পিণ্ড (গৃগপিণ্ড ) অম' শিরন্নগা অশিবহু পুথোক্লগ থাঙা.দ অমুকন্নু ঘারপিণ্ড হায়বা অমন্ত পীনৈ। ক্ষম জোন্ন' পিণ্ড অমহু পুবসি নৈ।

থাবতু অয়াম্বা শরূক লৌইশিল্লক্লবদা মৈ থারিবা মী খুদিংমক্তা হুই অমা শাংবা শীং ৭ পায়তুনা মৈবু য়েৎওইননা ৭ লক কোয়গনি। অমুক অমুক কোয়বা লোয়বদা শীং অমমম্ মৈদা কৎশিনগনি। মতুংদা অশিব থাবতু লোইশিল্লক্লবদা কিরা থাংবনা (ওমদ্রগা কনাগুম্বনা) "ক্রব্যাদায় নমস্তুভ্যম্" মন্ত্র অসি থীরগা শীংজংনা চিতাদা লৈরিবা অচাকপা শীংমথক্তা ৭ লক য়ানগনি। মতাং অসিদা লৈপাক তো-ঙাম্নবগী মতুং ইন্না মৈ থারিবা মী খুদিংমক্তা ঈশীং চফু ৭ না ওমদ্রগা চফু ৩ না মৈ মুৎকনি।

অদুগী তুংদা মৈ থাবা মীশিংনা চিতাবু ওইরোমদা থমহ্না মায় ওম্হোক্তুনা তুরেললনচিংবা ঈশিং লৈবা মফমদা অহল অহলনা মাঙ থাতুনা মথং মথং ঈরুজনবগীদমক কুমথগনি। কিরা থাংবনা মৈ থাব-শিংগী মনুংদা মশেন মবাইনচিংবা মরীমতা থোক্লবামীদা নত্রগা কনা-গুম্বা মী অমদা "উদকং করিষ্যামঃ" হায়বসিনা হংগনি। মী অদুনা "ওঁ কুরুধ্বং মা চৈবং পুনরিত্যশতবর্ষে প্রেতে, কুরুধ্বমেবেত্তরস্মিন্" হায়না খুমগনি। অতুদগী অহল ওইবা মীশিংনা হান্না নহা ওইব-শিংনা কোন্না ঈরুজরগা শেৎ ইন্নবা ফি অদু শুদোক্লগা অমুক হন্না শেৎচিল্লগা মায় মখা ওন্দুনা লুগুনবু য়েৎকী লেংজুমদা থাংলগা ওইথংবা খুনিংথৌনা "ওঁ অপঃ নঃ শোশুচদঘং" মন্ত্র অসিনা ঈশিংবু নৈখাইরগা ইনফিনচিংবা য়াওদনা লুপ্লগা আচমন অমসুং বিষ্ণুস্মরণ তৌরগা মফম অদুমক্তা মায় মখা ওন্না লেপ্তুনা থোইদিং খরদং পায়তুনা "ওঁ অমুক গোত্রং প্রেতং অমুকদেবশর্ম্মাণং সতিলোদকেন (গঙ্গাজল ওইরগা সতিলগঙ্গোদকেন) তর্পয়ামি" মন্ত্র অসিনা য়েৎ থংবা খুবী অমসু খুদোনবীগী মরক্তা থোইদিংগা ঈশিংগা অ[illegible] হৈথগনি। অসুম তৌ[illegible] লক তৌগদবনি। মুপী ওইরগনা (অমুকগোত্রাং প্রেতাং অমু[illegible] অসিনচিংববু হায়গনি)। শিগ্রিব মী অদুগী সপিণ্ডী-কর[illegible] শোগ্রিব ফাওবদি মথক্কী মন্ত্র অসিন মচানচিংবনা মুমিৎ খুদি[illegible] তর্পণ ৩।৩ লক তৌগনি। [illegible]গী তুংদা অমুকসু

